কোৎকপা : অইবা [illegible] ।

অহানবা পুথোকপা : ওক্টোবর ১৯৯৮
কোপী মশীং : [illegible]
মমল : লুপা ৫০/- (ওরডিনারি)
লুপা ৭০/- (পক্কা)

মখুম ডিজাইন : অইবা

মখুম য়েকপা : সিংহ পব্লিসিটি, পাইন্টিং ষ্টুডিও
নিউ চেকোন, ইম্ফাল

মখুম নম্কম : ইবোয়াইমা প্রিন্টরস
লোকপাওবুং, ইম্ফাল

লাইরিক ফংকম : (১) মনিপুর সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বজার, ইম্ফাল।
(২) এস. এস. ব্রদরস স্টোর,
ব্রিমস রোড গেট
(৩) তেখাউ পাং, লাইময়ুম রাধো শর্মা
দুকান (শিংজমৈ)।

লাইরিক নম্কম : আই এস জি প্রিন্টিং বার্কস
শিংজমৈ খোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।



I. Hemochandra Singh
Minister,
MAHUD, Manipur

Imphal, the 23rd Nov. '98.

# FOREWORD

*I have read the book entitled as* "Tekhao Patki Shonna-lei" *written by* Kshetrimayum Chaoba Singh *of Chingamakha Kshetri Leikai Imphal. It is a composition of many poems describing different changes in the culture of Manipuri society from the ancient to the modern period. This book is worth reading especially in the context of understanding modern literary trends in the Manipuri language.*

**( I. Hemochandra Singh )**

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীক্ষেত্রি চাউবনা ইবা "তেথাউ পাংকী শোল্লা শৈরে" কৌবা কবিতাগী লাইরিক অসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পাজরে। খুংই ওইনা লৈরিভৈদা পাবগী খুদোংচাবা ফংজথি। কবিতা ১৫৩ গী লাইরিকনি। কবিতাশিং অসিসু মুয়াই ওইনা শাংবা কবিতানা অমাননি। কবিতাগী লাইরিক অসি চংনবা য়ানা চাউরবা লাইরিকনি। কবিতাশিং অসিগী মনুংদা অতেনবা কবিতা খরসু য়াওই। অদুবু মপুংদদি চংনবা য়ানা শাংবা কবিতানি। কবিতাশিং অসি লোইনা পাবা য়াই।

ঐনা খঙজবগী মনুংদদি কবিতানা সাহিত্যগী মনুংদা খুইদগী ৱাংবা থাকনি। অদুবু কবিতা ইবসি ফোঙবদা পৈশানু চংই। হৌজিক্কী মনিপুরদদি মীনা লৈবসু কয়া লৈবিদে। শেল মাঙবা তোংবা থিদনা কবিনা লাইরিক ফোঙগনি হায়দুনা ফোংলিবসি থাগৎনিংঙাইনি।

লাইরিক অসিদা ফোঙবা কবিতাশিং অসি অপাবা মী ময়ামনা নৈনরকথিনি। মতীক চাবা সামালোচক ময়াম্না অভিমত পীনরকথিনি। ঐনা তৌজরিবসিদি ময়াম্না লাইরিক অসি মনিপুরী সাহিত্যদা লাকপা অনৌবা অংশদান অমনি হায়না ভরাম্না লৌশিনবিয়ু হায়জবনি।

লাইরিক অসি মঙ্গল ওইবা ওইসনু।

রাঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ

৩১।৫।৯৮ ইং

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী মামো ক্ষেত্র চাউবনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অসি পাক্রবদা মপান নাইত্রবা ৱাখলগী জগৎ অমদা তাউদুনা চৎলুই। নিংথিরবা হৈ-কোল-লৈকোল, মনম হুংশিরবা তাইবংপান, ফজরবা মপা-মুপা, মতুংগী মরক্তা ৱাখলনা লম্মাংননা কে মরুই। সংসার অসি মনম, মশক, মচু অমত্তং মহাউগী মপান নাইত্রবা লৈকোল নত্তনা করিনো? কবিগী ৱাখলনা কুরাককুম্না পাইরি। মতুগী মরক্তা পেনবা নাইদে, পোখাবা নাইদে, চোকথবা লৈতে। মতুংদগী ফংলুবা লৈরিকশিংনা শংগৎলি লাইরিক অসিগী শৈরেংগী লৈনাশিং। খরনা মনমগী খরনা মশককী খরনা মচুগী। শৈরেং অয়াম্বা কবিনা অপাবশিংগী খঙ্গোয়দা য়েক্লনবা ইবনি। ৱাখল অমত্তং বুদ্ধিদগী খঙ্গোয়গী মশক্তুনা কবিনা হেন্না থাজে। মপান-থোংগী জগৎ অসি ফজত্রা কবিনা হংলি। মিৎনা উবা ঙমদবা তাইবংগী মশক অমদা কবিনা থাজরবস্তু কাওথোকপা ঙমদে। মী অমা ওইনা কুয়োমদগী ফজবদি মায়ানি খত্তনা খত্তনা কবিনা লাংতক্লুরি মনম, মশক, মচু অমত্তং মহাওগী তাইবঙবু। সংসার অসিদা হিংবা তারবদি মসিত্তু করম্না থাদোক্কনি? ঈশ্বরনা করিগী শেম্বীরম্মি মায়াগী তাইবংপান অসিবু? কুয়োমগী ফজবসি কাল্লদবা ভাক্তান হায়না করম্না লংথোক্কনি? কর্মনা মসিগী মরক্তা পুন্সিগী অচুম্বা খিনবদা হোৎনরি। হিংবগী ৱাহং কয়াগী পাউখুম ফংননবা হোৎনর।

শৈরেংগী লাইরিক অসি অহানগী চংথরকপা ৱাখলগী খোঙচৎ খরগী মশকনি। তাইবঙ কুইন্দে অসিদা হিংবগী নীংথীরবা মশক উৎননবা হোৎনবনি। অদুবু কুয়োমনা থুম জনবা পুন্সিগী ময়ায়দা লেঙদনা লৈরিবা অচুম্বা তত্ত্ববুদি কবিনা কাওবা ঙমদে। কবিনা থাজে, পুন্নমক অসিগী ৱাংমদা লোৎতুনা লৈরি মচ ওইবা পোংশক অমদি। মতুগী মনাক নকশিননবা হোৎনবদা কুয়োমগী তাইবংপান অসিবু খঙবদা করি

কায়বগে? থাজবা অসিনা শেম্মি লাইরিক অসিগী শৈরেংগী চেনাশিং। লাইরিক অসি কবিতাগী লমদা তংগা তংগা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা কবি অমগী খোঙচংতা থেংনরকপা তগাং তগাং তেকপা কৈচল খরা ইচম চম্না অপাবশিংগী মফমদা, মনিপুরী সাহিত্যগী নাচোমলক্তা। হাপচিল্লবনি থম্মোয় শেংনা খোরকলিবা কবি অসিবু তরাম্না ওকচরি।

লোংজম জয়চন্দ্রা
কৈশামথোং লোংজম লৈরক,
ইম্ফাল

# "থাগৎ-ৱাহৈ খরদং"

অহানবমক্তদা, ঐগী মুংশিজরবা মুংশিজরবী পুম্নমক্কী মফমদা "থাগৎ-ৱাহৈ" খরদং কোক নোনজরি—

ঐগী ইয়াম্বা ক্ষেত্রি চাউবা সিংহনা মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরিবা "তেথাউ পাংকী শোম্না লৈ" হায়বা শৈরেং অসি মমুং-মপাল থিংনা পাজরে। অমুক্কী মতীক হায়নিংঙাই লৈতনা ফজথরে। শৈরেংসি প্রেম রসনা মপুং ওইবনি। ইয়াম্বগী থম্মোয়মুংদগী থোরকপা প্রেম অমৃত মতুম মতুম অসে থুনবীনবা অসুম্মক কনা লৈতনা মাঙখিগদরা মিপাইজেদো !

তিংথং পান্দবা লৈরাংদি লৈখোক্তা পং থৎতুনা হেক্রগা নাম্লদা চিনজবা কনাগীস্ত মরান ওইরোই, তিংথংলক্তা য়োমহুনা শাংলিবা লৈরাংদি য়েংজনিংবা, কল্লকচবা, মুংশিজবা নীংঙমদা মৈরী থাঙদা নত্তনা করি উপাই ওইনি। চৈযুগী চৈনা থঙত্রিবনা করম্না চৈনাখোল থঙগনি ? ইয়ায়দা থম্বাল শাংলি, থম্বাল মাবু হেক্কে থোরাংলুই—, থম্বালহুবু শঙলি-বহুনা— থম্বাল হেক্কে খল্লিবা ! ইথক ইপোম হৌহনগনু—, অরাফমবু তাজনি, কবি মাগী কলমনা মিপাইজেদো।

"চংথ্রবা নংনা পুথ্রবনি,
লৈহৌবা ঐদি কমদৌনি"
হায়নরি "নংসু ঐসু অমত্তনি
ঐদি লেঙদনা অতুম্মক লৈ
নীংজবা ঐগী আশাদি
থাদোকপিগে খল্লবরা ?
রাবনা পন্দোম লোম্লবনি ঐদি।"
চাকলিবা মৈরি হেনগৎলক্কনি
মুংথ্রবা মৈরি লৈহৌগনি তাঙ্গোইদমক্ত

পুকচেল পুকচেল মান্নজবা,
থওদা উদা লৈতেদো,
থম্মোইবুদি মান্নজবা
পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নসি
থুরুমজেদো মপু মাগী থুয়াথাদা ।

জীবা থুদিংমকী থম্মোইন্নুংগী ইথিল জীবা মশেলতনা থওনৈ । "তেখাউ পাংকী শোন্না লৈ" লৈরাং মানা থওবিন্নমগদরা কবি মাগী তেংথা-খোল । মসিমক ওইগদরা ? হায়জনীংই ঐগী মোস্তু ।

শৈরেং অসিগী মিংথোল অসিমক নৈনবদা কয়াদা রাখল অসে ন্নংনাংনরিবা । তেখাউ পাংতা করন্না শাংথিবী শাংলিবী "শোন্না লৈনো"? কনানো শোন্নরিবা ? লৈরাংহুবু হংলুবদা, থিরুবদা রান্নুনতা ত্তাক্রগদরা ? চেন্নি ঈচেল কয়া ফুমলি থম্মোইন্নুংদা ফোঙদোক্লবা কয়া অমস্তু । থন্দবা ঙমদে, রান্দবা ঙমদে পাক্লবা ঐগী থম্মোইনা । কবিগী রাখল অসিবু অন্নুমক অরা মৈথুলক্তা মোনখাংনগ্রগদরা ?

অরোইবদা, থাগৎচৈ ঐগী ইয়াম্বা অসিগী থম্মোইন্নুংগী ইচেলবু ইকং থাদা গঙ্গা তুরেললনা ত্রিথ-যাত্রিকপু কিজহুনা লৈঙোই শেক্তা লৈরোলনুংদা চেনবগুম চেন্থরি প্রেম অভিলাস মুংনাইত্রবা পুন্সিগী ইচেলদা থম্বীরমলি মীপুম কয়াগী থম্মোইনুংদা "তেখাউ পাংকী শোন্না লৈ "।

শৈরেং কয়া অমস্তু ফোঙব্রে, শৈরেং কয়া অমস্তু ইয়াম্বনা মীয়ামগী মকমদা থুদোল তমন্নখিনি হায়বসে ঈশ্বরগী মকমদা প্রার্থনা তৌজরি ।

জয় মনিপুর ইমা লৈপাক ।

থাগৎ থুদোল তমজরিবা :
নিংথোম্বম ইবোতোম্বী সিংহ
খোংজু পার্ট টু, বোরোই মখোঙ, ইম্ফাল

# ৱাহৈদোক

উজ্জ-তাজরুবা থরদং থাম্মোয়গী ইথিল ওইরা কলমগী মতংনা ময়ামগী মকমদা শৈথাজবনি। মসি পুথোক্রবা হোৎনবদা পাঙল-লৌশিং হাপকংপীরকপা মথংশিংনা ইকাই খুমজরবা পন্ন শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহ, শ্রীরাঃ কুঃ ঝলজিং সিংহ, ইকাই খুম্নজরবা শ্রীলোংজম জয়চন্দ্রা— দাঙ্গ একাদমি ডাইরেক্তর অমসুং শ্রীনিংথৌজম ইবোতোম্বী সিংহ— থোংজু বোরোই মথোঙদা লৈবা ইকাই খুন্নজরবাশ' অসিনা মমল য়ান্নবা বাহৈ কয়ামুক্কা লাইরিক আসগী মমুংগী মচি ওইবা কয়াবু লৈরেং-বগুম লেংবিরক্কুনা কোঙদোকপিরকপগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি। অতুগা লোয়ননা ঐগী ইচা ইবুংঙো, MAHUD কী মস্ত্রি ওইবীরিবা শ্রীইরেংবম হেমেন্চন্দ্রা সিংহনা মাগী য়াম্না চিন্নবা মতমদা মমল য়ান্নবা থাগৎ-বাহৈ পীবীরকপগীদমক্তসু থাগৎচরি।

লাইরিক আস অহানবা ইবা হৌগৎলকপদা ঐগী থুংই অসি পাবদা মুংঙাইনবা শিন্দোক-শিনজিন তৌহনা প্রেমতা পীনবা হোৎনখিবা শ্রীশামুরাইলাৎপম দেবচান্দ শর্ম্মা, শ্রীনিংথৌজম ইবোতোম্বী সিংহ, শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নন্দকুমার সিংহ, ইতাউ শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ইবোহল সিংহ— চিংঙা মথা ক্ষেত্রি লৈকাই, মরুপ শ্রীসৌগ্রাকপম বিরেন সিংহ— থোংঙাম লৈকাইদা লৈবা, শ্রীলাইময়ুম রাসো শর্ম্মা ঐ মচা ইবুংঙো ইনাও, তেথাউ পাত্তা দুকান ফম্নিবা শ্রীওক্রম বিনোই সিংহ ঐ মনাও ওকেন্দ্রো সিংহ ময়াম্না থুংই ওইরিবৈদা প্যাবীরগা কোঙনবা ইথিল কয়ামুক পীবীখিবশিংবু হন্না কোনশিনজরি।

থাইদগী লুবদি পৈশানি চপয়ুংনা থনখিবনা লাইরিক অসি কোঙনবা মরুপ-মপাংশিংদা হায়জরুবদা মথংশিংনা শ্রীয়ুম্নাম মোহেন্দ্রো সিংহ (য়ুম্নাম লৈকাই) লুপা ৪০০, শ্রীয়ুরেম্বম নিলবীর সিংহ (ললাম্বুং) লুপা ৩০০, শ্রীকৈশাম কান্তো সিংহ (উরিপোক রিমস মনাক) লুপা ৫০০, শ্রীকাংজম সনাজাও সিংহ (পিশুম হাওবম মরক) লুপা ২৫০,

ইনাওমুপী শ্রীমতি বাহেংবম গোমতি দেবী (লৌরেম্বম নিংঙোল) লুপা ২৫০ পীবীরক্লুনা লাইরিক অসি নম্বা ওমজখিবনি। ময়ামগী তৌবীমল মতম পুম্নমক্তা শিংবা ওয়রোইদবনি।

মথংদা— আই এন্দ জি প্রিন্টিং রার্কস, শিংজমৈ থোকচোম লৈকাই ইম্ফাল, প্রেস অসিগী থৌবু ইবুংঙো গৌরহরি নাওরেম ইবুংঙো-শিনা লৈত-লায়রা, অরা-অনা কয়া খাঙবীরগা মপা শক্না হুংশিবীদুনা অখুবা মতমদা লাইরিক অসি পুথোকপীবগীদমক প্রেস অসিদা শীম্বা পাঙথোক'মম্নরিবা ইচাশিং, মরুওইনা মকু ইবুংঙো ঐগীনা মরুপ শ্রীনিংঙোম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা লৌশংগী পাঙ্গলনা অঙম্বা মতেং কয়া পীবীখিবগীদমক প্রেস অসি মথং-মথং চাওখৎলকপা ওইরসন্নু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।

অহুমশুবদা, লাইরিক অসিগী লাইয়েক মখুমগী লাইসি য়েকপী-রকপা সিংহ পব্লিসিটি পাইন্টিং স্তুডিও, নিউ চেকোন, ইম্ফালগী থৌবুরেন শ্রীহাওবম সনাতোন সিংহ অমস্নুং লোয়নবিরিবা শ্রীরা: কু: থোনোমালি সিংহ, অতৈ ইচা ইনাওশিংনা ইশানা পামজবা কবিতাগী শক্তম অমা লাইরিক অসিদা মুত্তি ওইনা উহনবীবগীদমক শেম্বী-শাবীবা মপু ইবুংঙোনা থোজান পীনবীবা ওইসন্নু।

অরোয়বদা, লাইরিক অসি ফোঙবদা হান্না তোকত্তা খবরদা ফোংখিবা খরা হাপ চনজবদা ময়ান্না অন্নাবা পীবীবগীদমক হন্না হন্না খাগৎচরি। বানান অমস্নুং বাহৈ রাওা অশোয় অঙাম য়াওরবস্নু ঙাকপীযু। মথংগী চেক্কোঙদা চুমথোকচরক্কে শৈদমজবনি খনবীযু। পাঙদ্রবা ঐনা পামজবদি মনিপুরী লোনচুন লৈকোন্দা কোইচৎ চৎতুনা থোইমু অমস্নুং কুরাককুম্না কোয়পাই পাইদুনা তেল্লবা পুন্সিস হৈনম লৈনম চুহন্নিংই।

লে'য়ননা লাইরিক অসি অমুক্তদা পুন্না পুথোকপদা খুদোংচাদবা খরা লৈবদগী ভোল্যুম ১বা, ২শুবা, ৩শুবা ফাওবা ফোঙজরগনি।

ক্ষেত্রি চাউবা
চিংঙা মখা, ক্ষেত্রি লৈকাই
শিংজমৈ

# হীরম-লমায়

## 'শক্তম'

মপুরেম্বা মপুরেম্বা
কোয়্রোয় কয়ানা
শাফোঙ শারেম্পা ।

মাইকৈনা লমথাঙ ওইবা
শক্লা কোকথোল ওইবা
খানা খুক্লা খম্বাল ওইবা
খম্মোয় হুবনিংবী
খম্মোয় হুবীবা
খোঁবুরেল ও !

তপচ-ঈংজ
লৈওন লৈশাৱীবা
মেমানবা কুচুনা ফুদোংবীবা ।

শৈশক কায়দা
তাম্পা চানা
জগোয় খুংলেকপিপ্লিবা ।

মপুনি মপুনি
পুম্মকী মপুনি
মীচং সঙ্গ লৈবিদবা ।

খোঁজাল মজাল ফংডম্বা
মকমহু শঙলেম্নি
য়াইহিপ—য়াতাকম ।

( ১ )

## "নুংশি মায়থোং উরুবদা"

নুংশি মায়থোঙ উরুবদা
থম্মোয় লাইয়ুম ঈহৌরে
লেঙশিনবীরক্লো লাইয়ুমদা
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

তবারবা চীনবান্দা মুলি বাঁশী
খোই-খোইবা শিশুম অনিগী য়ায়দা
চন্দন শিন্দুরনা লৈতেংবা
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

ঙসিদি ঐহাক্কী ওইররে
লেঙবীপ্রভু অমুক হন্না
থাদোকচবা ঙমজরোই শ্রীমুর্ত্তি
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

থবাপ্পনা থারবস্থ তিঞ্জগে নঙোন্দা
ঐগীনি হায়বা কনা লৈজদে
নঙতনা ঐগী পম্বুংফমনি
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

কনাগীদমক মোমোন মীনোক নোক্লিবা
চুড়া-ধোরানা হাই হুমলিবা
মুলি বাঁশীনা মরোল লোল্লিবা
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

ঐগীদমক লেপ্লিরো
খোঙকম অমা লেঙথোকপিরম্ব
তিঞ্জরবনি ঐদি নঙোন্দো
ঙানবীররো শ্রীমুর্ত্তি ।

( ২ )

## অমুক হন্না কলম পায়বা "

লৈয়াং অমা উরুবদা
কলম পায়রে খুৎতা
তুরি ওইনা য়েক্নি ।

মতম কয়া চৌরে
কলম থাদোকউবা
ওসিদি শৈথাজদবা ওমজদরে ।

লৈরাংগী মতীক মগুন অওকপনি
থম্মোইগুংদা শাৎপনি
মাগী মনমদি মরোল অহুম ফাওবনি ।

চন্দন কয়াগী তুংনকমনি
কলন্না শৈথাবস্থু ওন্নরোই
তুরিনা য়েকপস্থু ওন্নরোই ।

লৈরাংগী মাইথোংদি মোমোন মাইথোংনি
লৈকা লৈনা তনৌরবী
কনাগীস্থু পুক্নিং হুদবা ওয়োই ।

লৈরাংবু উরুবদা অবা-অনা কোকপীনি
তাইবং কাওবা শিদা হীদাক্নি
মপোক লাংওন ওন্বীনি ।

শোন্না লৈনি শোন্না লৈনি
ভডাংবী বুলৈ কুচুনি
ওইনিংবতা ওইবা শক্তম্নি ।

মচু কয়ানা কন্নকচবা লৈরাংনি
অমুক্তংবু তিঙ্গরবদি স্বর্গ ফংডম্বা
নন্দন কানন্দা মনিং তৌনা শাংচবী ।

কস্তূরীগী মণ্ডৌগুম লোংলি লৈনম
তিলোত্তমা কয়াগী ভুংনফম্নি
য়েংঙু য়েংঙু খুদিং ভুজুংনিংঙাইনি ।

---

## ( ৩ )

## "প্রেম-রস পোকপা"

লাইবক ফবী নংবু কন'নো
ঐগী কলমগী মচিন্দা ভোংলিবী
লক্ষ্মীগী শায়োন্না নব্রগা সর্স্বতীরা ?

ঐবু কলম পায়হন্লিবা
ঐদি ময়াদা ভাওরবনি
করম্না নডগী প্রেম-রস শন্দোকনি ।

কোলোই মিংলেন্না লোংলবস্নু
প্রেম—রস ঈচৌফম ওইরিবী
রস গুন পুম্বনা তিন্নিবী ।

ময়গী ঈপাক্কুগী কনবীযু
হিথুংফম খঙহনবা ঐনি
প্রেম-রস'তুদা তাওজগে ।

শীংঙন কনাদস্সু শৈথাজনা ঙমজরি
নংগী প্রেম রসতি শৈথাজদবা ঙমজদে
রসসিদা মহাও খঙনা শৈহেকচনিংই ।

খোইযুনা লৈহৌ চুপ্পগুম
কাওনা ঈপাক্পা ত'ওবগুম
য়াহোংনা নোয়না-নোয়না
জগোই শাবগুম রসতুদা ।

---

( ৪ )

## "তেখাউ পাংকী শোন্না লৈ"

শ্রী শ্রীগোবিন্দজীগী শরিক মখোল তাজবদা
খুত্তা কলম পায়দবা ঙমজদাে
করিবু ইশিগে খঞ্জরি
লৈরাংগী লৈনমস্সু মালঙনা হুমলক্লে
ধুপ আর্তিগী পুক্লিং হুরবা মতমসিদা ।

শীরোই নাপোম চীংগী "শীরোই লিলি"
লমফেল পাংকী "নরা কোম্বীরৈ"
"কদাম্বদি লৈরংশি" শোন্নদো
"তেখাউ পাংকী শোন্না লৈ"
অঙকপনি অঙকপনি য়েংবগী পেনবা নাইদে ।

খঙজরে খঙজরে নংসে,
শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী নৃমল্যনি
মালিশিংনা সঞ্জেনথোং থোংয়াইদগী হৈথরকপা
মহাবল্লী ঠাকুরবু দর্শন পিবীরম্না
লোকলাউবুং থুম্মুথোংবু চানবীরম্না তেখাও পাংতা শাংচবী ।
পূর্নিমা থাজদগী হেন্না ভাম্থোইরিবী
লৈরাং অমা উবদা থাজ কয়া থোকুম্বী
লৈরাংগী লৈকা খুদিং শজী মিন্ত্রা ভমজবী
মুঙগী য়োল উজবদি শ্রীমুখগী তাবারবা চিনবান
জগৎকী মবেম্মবু নিংশিংলকই ।

মোমোন মোমোন নোকচবনা লৈরাং হোনশানি
মহাবল্লীগী শরিক খোঞ্জেন্না হার ওইনা হাপ্লা
শ্রীগোবিন্দজীগী শরিক খোঞ্জেন্না লাইজ ওইনা থিক্লা
কৃপা প্রেম ওইনা শাংচবী লৈরাংনি
নিতি মুমিৎ খুদিংগী শ্রীগোবিন্দ ঠাকুরজী থুয়া ফংজবীনি ।

লাইবক ফবী লৈরাংনি
শিংজমৈ সনা কৈথেল লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা
তেখাউ পাংকী চিদাইদা
ইম্ফাল তুরেলগী তোরৈদা
সনা কৈথেল য়াইদা শাংচবী লৈরাংনি ।

লৈরাংগী লৈউদি শৈথাবা ভমজদরে
লাইবক ফবনা মাইথোঙদবু উজবনি
মাইথোঙ মক্লা জগৎ শুমহৎলবদি
মউ খুদিং নাপোম খুদিং করিবু
লাইবক ফবা কনাগুম্বনা শৈথারসনু ।

# " প্রেম মালা হুকপা "

থবাই তানা লেংজবা প্রেম মালামক্তি
মুক্তা পরেংদগীস্তু হেন্না নিংজবনি
হুকচবগী নুংশি ঙকশমদা
শমলাংবু শোকত্রা তজুংই
মেডলবা ঙকশনবু থেংগদ্রা মিপাইজৈ ।

প্রেম মালা অমনা পেঙ্গদে
থবাই মডা শক্রা
প্রেম মালা মডাদং হুকচগে
লংনদনা লৌশিনবিয়ু
তোম্রবগী প্রেম মালানি ।

অহানবগী পরেংদি "নুংশি মাইথোঙ উরুবদা"
অনিশুবা পরেংদি "অমুক হন্না কলম প্ৰায়বা"
অহুমস্থবা পরেংদি "প্রেম রস পোকপা"
মরিস্থবা পরেংদি "তেথাও পাংকী শোন্না লৈ"
মঙাস্থবা পরেংদি "প্রেম মালা হুকপা"

ঙসিদি হুক্রে প্রেম মালা
নুংশি ঙকশমদা ইকাই হঙ্গোইনা
রাধা প্রেম যুগোল মুর্ত্তি নিংশিংলা
থবাই পেন্না প্রেম রস চুপচরি
জগৎ শান্তীগীদমক মঙ্গল নিজরি ।

মাতা দুর্গাগুম শক্তি লৈবী ওইবীয়ু
লক্ষ্মী সীতাগুম সতী ওইবিয়ু
নংগী থৌজান ঈপা ক্লা তাউজগে
থম্মোয় খুত্থুম চনবীয়ু
ভক্তি প্রেম থাদোকপীয়ু ।

---

( ৬ )

## "নংতনা মহেল্লে"

স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল কোয়না চৎচরুরে
নহাককুন্না নুংশিবী অমা থেংনদ্রি
নংতনা মহেল্লে ।

সিনেমা ড্রামা কয়া য়েংজরুরে
নংগুম্বী ফজবী অমা থেংনদ্রি
নংতনা মহেল্লে ।

বেদ পুরান কয়া তারে
নংগী নতিক নগুমগুম থেংনদ্রি
নংতনা মহেল্লে ।

ওসিদি লাইবক ফবনা থেংনরে
ইনক নক্লা মক্কমদসিদা
নংতনা মহেল্লে ।

লাই তিংঙ্গবা খণ্ডদা
মাইথোংবু উজবদা খপ্লোই ইরা- হৌই
নংতনা মহেল্লে ।

নিপি কৌবা লাই অহুনা
উজরশন্ন মতাংগুম লেংথোকপিরক্রবা
নংতনা মহেল্লে ।

নংদি মইংগী পুকৈনি
নৈরা নৈরা অমৃত ফংবনি
নংতনা মহেল্লে ।

উরিবা শঙ্খসিবু মহৌশাগী তুরা
মহাওশিবু থোইথুমনরুবা
নংতনা মহেল্লে ।

কয়া অমা শৈথাগ্রবসু
হৌথিবা ডা চাওই হায়তুনি
নংতনা মহেল্লে ।

ইকাই চৎক পুম্বা লাল্লি
মহাওস ফংবদা ডাওরে
নংতনা মহেল্লে ।

য়েংউ য়েংউ খুদিং
য়েংউ য়েংউ খুদিং
নংতনা মহেল্লে ।

খুতুগী কলম থাদোকপা ভমদে
মহৈ কৌবী লাইরেম্বী
নংতনা মহেল্লে ।

# "মাংখরে ঐগী স্বর্গ

ঐনা লাইরিক ল'ইশু ইরিবৈ
ঈশৈ-নোংমাই ইরিবৈ
মতমদুদা জগৎ সংসার কোইরম্মী
অদুবু ঙসিদি নারকী কোমদা তারম্মী ।

নুংঙাইবনা হায়নিংঙাই লৈতে
ফংনিংবতা যংথ্রবা মফমদো
উখিদরে মাঙখরে ঙসিদি
অমুক হন্না উবা ফংলরোইদ্রা ।

পুংলোন যন্ত্রগী মুংশিরবা সুর
জগোই শাবীশিংগী শাথেক
মুনি ঋষিশিংগী নুংশি পাওজেল
অমুক হন্না তাবা ফংলরোইদ্রা ।

ময়াগী লাংনা উপত্রে
নারকী কোমদা তাররে
মিকপ মিরাউখোলমক্তা মঙায়রে
অচিকপা মফমদুদা অমুক পুবিররোইদ্রা

হৈকেন লৈকোন্না থল্লবা
চাংজো নাইদ্রবা থরো থম্বালগী পুথ্রি
মফমদুদা ইনিং তৌনা শান্নজবা
লাইরৈবাক্তি লাইরৈবাক্তি মফমদো ।

# " চোংলি তত্তনা ময়োন "

তাংজ লৈদা লুক্রা
পিশুম অনিগী য়াইদা খুবীনা নম্না
শরক য়াংবীথক্তা লেংবীবদি
মাপ্ত কনানা খাঙহৌনি ।

মুংশি মাইথোংতবু য়েংজহৌগে লেপচবনি
অতুবু অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবীরয়ে
চাকলে প্রলয় শিন থুংনা
অমুকস্থ নোহৌননা ময়োল চোংলে ।

মৈরিসে শিদ হীদাক ওইররে
ক্ষ্যান্দব চাকথোকখিবা অগ্নি দেবতা
সীতাবু কনবীখিবা অগ্নি দেবতা
ঐবুস্থ কনবীরয়ে অচাকপা মৈরিশিনা ।

কবিতা কয়া চোংথোরক্রে
লৈচল য়াওদ্রেবস্থ
লৈজবা থরদং কচ্ছনিংই মপুদা
মিংয়েং তাবিনি ।

লংনা থানদনা লৌশিনবীয়ু
তোল্লবগী লৈরাংনি থন্দুনা
কচ্ছরি শ্রীগোবিন্দ চরন্দা
মহাবল্লী ঠাকুরবুস্থ কাউজদে ।

---

※ মহাক্তবু নিংশিংলি ঐনা । করিগী মুংশিরুই ঐনা ?

# "ঐ ইশুদা মিনমৱা"

পাঙ্গল য়াওদ্রবা চমন্নরবা হকচাংসে
পুক্নুনা লাক্নি পুন্সি লম্বীদা ।

যুম হেক য়ৌবদা মেন তাবগুম
খঙহৌদনা অচিকপা কাদা "নুংশিখৱেদ." ।

তাঙ্গাহৃদা ঐগী ইশুন্নুপী অতোনবী চংলকই
তুংদা ইখৌ নংনা নুংশি হায়বদো কনানো ?

ঐ খুম্ফম খঙদে ঙাইহাক
মিনম্বা ঙাংদবা য়াদে অঙাং পুক্নিং নুংঙাইখিরোই।

অঙাংবু নুংঙাইহন্দবা হায়বাসে প.পনি
লাই কংব্রিবৈদা পিজবদি দোষ লৈতে হায়নৈ ।

অঙাংনা শোকপা মাংদে হায়নরি
বালভুক হায়হ্নুনা কৎনরিবসিনি ।

শ্রী.গোপাল দেবনা খাইদগী পামজবসে
বালভুক লালু হায়বোলনি ।

ঐ মিনায় নুংশিবগী দমক
কনাদা ওইনি ইশুদনি ।

মহাক্না থাজবা ৱাংলি
অহুবু ঐনা থাজনবা পমহ্নুনা চুপ্পনা হোৎনৈ ।

নংগী.সে কৃষ্ণদা ওইরমগনি
নংদি কৃষ্ণ য়াম্না নুংশি ইশুনা হায়রি ।

'ইধৌ কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনসি
রাম রাম শোনসি" নিংঙাই তৌরি।

ঐগী মথুনি খঙই ইগুনা
ঐগী অরাবস্থু খঙই ইগুনা।

অদুবু হন্দকী সুংশিবসে
মহাক্কনি থাম্মোয়দা লৈবী মহাক্কো।

ঐ মীনয়ে ইশুদা
ঐ পাপ লংশিনবনি।

মীনশু হায়নৈ নশু মুংশিবা খঙলিব্রা
ঐনা থম্মী মুংশিগ্রদা মমা-মপা কাওবা কাওগ্রে।

খজিক্কুং কপ্পদা মমা-মপা কুনিংই
ইও শুমহৎলে হায়রিবানি।

ঐনা ইশুদা মীনমলিবা করিগিনো
মরম লৈজদ্রিবী তনৌরিবী বাখলন্দুদা।

অচুম্বা হায়দোকপা য়াদবা মতাংনি
আঃ আদনি অদুনি মরি মতামক্তি নত্তবন্দুদা।

থম্মোয়গী জগাদদি চাউনা কোন্দুনা লৈগ্রে
ঐবু ঐরা হায়বা কাওবা কাওগ্রে।

হায়নি হায়রোই খঙখিগ্রে
ঐনস্থু ঐগীদো মীনস্থু নংগীদো হায়নৈ।

অঙকপা বাখলনি তৌনরিবসে
চুমদা চুমগদৌরিগাগ্রে।

চুম্বা মাল্লে করিগুম্বা অকী অথং অমদা
হেক্তা নিংশিংলকই ইহান হান্না।

অহাউবা অমা চারমদায
করিগুম্বা অমা থক্লমদাই।

কজবা অমা হেক্তা উবদা
মাঙদা চপ চপ লেপতুনা লৈ।

---

( ১০ )

## "লাইরা"

তাং ২।৫।৯৭ ইং

নরা ওইবশা।
লাইরা অমতং তাকপিরমগে
অহল লমম্না হায়নবা লৈ
"পুন্সি তোলোইনা পাল্লু
লাইগুরুজন সেবা ভম্বা ওইয়ু"
লাইরানি লাইরানি
মম্ভনি মন্ত্রনি।

মসিবু খঙলা উরা
চিনফা পুরবদি
মপোক মহৈ য়ানগনি
শিরোই নারোই

শক-চু থোকনি
খাঙডথক্তা মাঙফরোই ।

বাল্মীকী ধবলী হনুমান অমা খঙখিদো
মবুংঙোঃ মবেম্মবু থম্মোয়ন্নুংদা কোঞ্জখি
বেদ ব্যাসকী কর্ন অমা খঙখিদো
মমা মশক খঙজগে নিতি লাইনিং ওইখিদো
একলব্যস্ত খংবনি খঙবনি
দ্রোন গুরুবু থম্মোয়ন্নুংদা কোনবনি
লাইগুরুজোনশিংবু থক [illegible]

---

( ১১ )

## "অঙকপা শমত্রু"

শমনং অমনা স্বর্গ কায়
লাইমক্লি হায়রৈ মশক মতৌ
ফজবগী ফজবা ঙাক্তা ।

হন্দকী শমত্রুসিদি মিৎফম হোংবা য়াদে
কুইনা য়েংলে য়েংঙমদা
উত্রা লৈফম খঙদা ।

নুংদা স্পর্শ মণি ফুমগুম্বনি
শংবামবা মণিনা ফুদোংবগুম
ঙাল্লি মফমতুদা ।

নাভী কুণ্ডবু কৌশিরা
খ্যাংজেং লাকফমগীদি মথক ওইরপ
অঙোবা পুকনোপতুগী মথক ওইরপ ।

য়েংবা য়াদবা শমক্রগনি
দৈব্য চক্ষু হাপ্লা য়েঙ্গনি
কৃপা লৈবা মীতনা ফংজবনি।

মুনা শংবান্নবা কল্লক পেন্না থুংবনি
দেবদাসনা মাগী পারুদা খে ইজেনা কনবগুম্ম
কলম মচিনসিনা হুরুম্লগে মফমসিদা ।

---

( ১২ )

## "থম্মোই থম্মোইগী বারী"

তাং ২৭ । ৫ । ৯৭ ইং

লুংশি মশক খঙবশিংতনা খঙলমগনি
নংগী ঐগী লুংশি বারী
থম্মোই পানবশিংতনা খংলমগনি
নংগী ঐগী থম্মোই বারী ।

অখঙবশিংনদি মরায় লুক্রা খাঙলি
নংগী ঐগী মতৌবু উরা য়েংঙমদে
খঙলমগনি নংসু থম্মোই পাল্লবদি
পুকচেল চাউবা নত্রা' ।

ঐতনা হায়শিন্নবা নাত্তু
ৱারী লাইরিক কয়ানা শাক্ষীনি
লৈলা মজনু, মমাতাজ আনরকালী ৱারী
মহাভারত রামায়নসু অদু মগ্ডাই ।

ফজবা 'তুতবু লৌথংলি
ইরাংলি ধূপ থাউনৈ পানৈ
ৱারিনিনে থম্মোইগী কবিতা
থম্মোই থাদোইগী ৱারী ।

---

( ১৫ )

## "পাইরি অহাঙবদা ফোটো কয়া"

তাং ৪ । ৫ । ৯৭ ইং

অহাঙবা অতিয়াসিদা পাইরি ফোটো কয়া
কোইডাওনরি থেংগাইনরি, অমগা অমগা
কদায় চংশি স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল ।

স্বর্গ পাতালদা লৈজনিংদে
মর্ত্তদা লৈজনিংই লৈজনিংই
মীওইবগী সেবানা অথোইবা ধর্ম্মনি ।

কান্নদনা মচেং মচেংপু তারবসু
তাঙোইবু তানা চাক্কবসু
তারম্নগে মর্ত্তদা অতৈ অমা লৈজদে ।

ঐসে মাগী ফোটোনি ফোটো
চান্বা কোক্লরোইদোবা ভাক্তনি
তাঙ্গোই তরবস্ত মায়াল চোংগনি ।

য়েকপা নম্বগী হালেংদ্রবা অমনা নম্বা
কনাগুম্বা কনাগুম্বীগী ফোটো ভাক্তনি
লৈরনি লৈরনি মফমসিদা অস্থম ।

নুপাসিনা য়েক্লরোই নম্নরোই নিংই
হেক্তা য়েকনিংমাল্লে অম্বক
ভাওরমাল্লে নুপাসে ।

মাগী মনিংতদি থুংহল্লসি ঐথোয়
লৈক্লরশি মর্দা ঐথোয়
পাডথোকপা য়াবা খরদং হোৎনকশি ।

ঐথোয়স্ত তাহৌইনে
শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খিবদো
"তৌবদদি ঐভোন্দা বংথোবউ" ।

# "লাইনিংথী অমা উরুবদা"

ঐদি লাই থাজদবা নিপানি
মীনা লাই থুবক্লগা নেকইবা ঙাংনি
কবি লাইনা মখোয়না নিংলিবসি ।

অদুবু ঐগী ইপুম্বী অদিনা থুকন্নদো নুংশিয়ে
মখাক, মমা, মনেশিংগী মতৌ লম্লা
লাই হায়বদো নৈদা নৈরবোই নংই ।

ঐ নোংমতা লাই থুরুনদে
অদুবু শোনবাদ শোল্লি
ঐনা শোনবা তারগা ইসুং মনুংনা শাহই ।

অদুবু হন্দকী লাইনিংবী অমনা নিংবা উবদা
অমুক হেন্না লাই নৈরবোই নিংলে
লাইসে থাম্মোই চেংনা কোনশুমই ।

যগীরেনবীন্দ্র মনিংই
অদুমক্লা ধর্ম কয়জ্জনংদে
লাইনিংবিশগী মনিংসে উরগা তুবু চংই ।

গোবিন্দ নির্মল্য ওইরবগীনি
প্লাসতীক চেংং মচাদা জুবাকুশুম নৈ আডৌ-অরাক মচা থরা
হরাও মোমোন নোক্লা নির্মল্যবু হাংদোকচরি ।

জুবাকুশুমদো লাইবক্তা কচ্চরে
শ্রীগোবিন্দগী গন্ধ থম্মোয়দা চিংশিনজরে
মিংপু উইশিল্লা চেজেং খাইজেদো ।

থম্মোয়দা কৃষ্ণ লেংশিনবীরবোই নিংই
মাগুম্মা লাইনিং পরৈ চংনিংলে
লাইনিংবীসে মওং মতৌ অমনি।

লমদমসিদা অসিগুম্বী লাইনিংবী অমা যংজবদি
অরা-অনা কে'কনি
লৈবাক মরা তপ্পনি।

মালিকা অমা খল্লা
চেপলপা নাপদা লৈতেংবদি
করম্না গোবিন্দনা চানবীরোই।

কুচুনা লৈঙাং চংলা
লম্বোইবীদা লম্বোইবী মাল্লি
কয়াগী মতিক মফজা।

মাবু উজা কৌনজবদি
মঙ্গলগী মশক্তি
থবক শিংথা পাঙ্গল্লি।



# "ডাইনা অমসুং মাডর তেরেসা নৈখিদবদা"

করি ওইরশিরা ঐবু
কায়না মৈশাসে খাংঙমাব্রে
বৃটেনগী মচা ইবেন্মস্তু লেঙব্রে
ইমা শকপী মাডর তেরেসা থুপাব্রে
ঐবু খাঙউথক্তা হুন্দোকপিরম্লে ।

কনাগা নৈহৌ শিন্নবিরম্বনো
ওসিগী সমাজসিদা
অকনবনা অচুম্বা শক্লবা মালেমদা
হৌনা লোনচং থঙবী অনিনা লেঙখিবদা
মচা ওইবনা করম্না খাঙগনি ।

মতম থরদং সেবা তৌজখিগে থক্তবনি
থম্মোই পুবা ওমদবা পিতং-পাতং মচানিদো
অহুবু মমা কায়নবগী মৈচাক্লা খাঙঙমব্রে
অমুক হেম্না নাউশোম্নরে
থবাইসে পুবা ওমদরে ।

ঐবু কৌবিরিব্রনে পলেপ শকপী অনিনা
নচাগী শিক্ষা লোইরমলব্রনে
তাকপীরম্বা নরাথং অসিদম্না
ঐদি কম্না অমসু পাঙখোকচগে থঙরি

পীবিয়ুগবা নয়াথং কয়া-কয়া ।

পলেম য়াথং নত্তনা করি গুমজদে
পলেম য়াথং কোক্তা থোং
চরন খাবু শোকচরা
সেবা মতোন লোপ্পা
অহুতনি নচানা পামজবা

---

( ১৬ )

# "থরানগী পুনিমা"

ঙসি ঝ্লোন লোইবা সুমিংনি
থাজনা ইকাই হজ্ঞোই খোয়ক্লি ।

লৈচিন নোংফাই মরক্তা
মায়থুম ফিরুকননা ।

ঙসিসে অয়োইবা ঝ্লোন সুমিংনি
অমুক হন্না উরয়োই থনখিবনা থম্মোয় কায়রবী ।

থাজগী অবাবা মায়থোং উবদা
ঐস্থু থম্মোয় পুবা ঙমদ্রে ।

সুংশি চেংলৌ উজদবা সুমিং নিনি শুরে
অহুবু ঐঙোন্দদি চহী কলপ অনিগুম ।

করিগীনো ঙসি থাজনা লৈচিন মকমদা লোংলিবা
মবুংঙোগী সেবা অমুক হন্না কংলয়োই নিংলিব্রা ।

মবুংঙোদি মাগীদমক লেপলিবনি কাউপ্রমাল্লে
খোংকম অমা ব্রজবৃন্দবন্দগী লেঙখোক্কে তাকপিগ্রবনি ।

# "উদ্দুনতা লৈরী"

তাং ১৫ । ৮ । ৯৭ ইং

মিকুপ খুদিং
তুমলে তুম্না
চারে চানা
খদোকপা ঙমজদে
উত্তুনতা লৈরি ।

গোপা-গোপীনা মবুংঙোদা তিনবগুম
ত্তিল্লবনি ঐস্তু নঙোন্দা
ব্রজবাশিশিংগী খঙ্গোয়দা লেঙশিনবীবগুম
লেঙশিনবীরিবনি ঐগী খঙ্গোয়দা
ঐসে লমলানবনি খনবীগম্
নংগী রধীকানিনে ঐসে ।

যন্তিলা কোটিলা মমা-মচানা ভাংনজরবস্থ
খোয়না হেন্না নিংশিংলি মায়খোঙদো
উৎপিয়ুগবা মখোয়দস্থ শ্রীমুর্ত্তি
জীব খুদিংগী খবায়নি হায়নৈদো
মিকুপ অমতস্থ খাদোকচারোই
ফীজীগী লল ওইজয়বনি ।

# "মতমবাক্তি থল্লা তুমখুল তারি"

তাং ৪ । ৮ । ৯৭ ইং,

উগী উথা অমদা
লৈতঙ্গাই মরক্তা
মবুক লাম্নবা অঙাওবসিনা
হৈকোন লৈকোন ওইরবোই নিংতুনা
কয়াদা মুংঙাইনা তুমখুল তারিবা
কালেনগী লুংশানা য়ক লাউনা শারবা মতমদা ।

উগী উরাদা মোল ওইনা খাংলা
স্বর্গগী পুরিজাৎ মখোঙনি থল্লি
অঙাওদগী বাখল অঙকপনি
চরোৎ তুমবৌ তেরা ককচেং মরক্তা
স্বর্গগী অমরাপুরগা চাংদমনরি
হৈনৌ অকংবগী মখোঙতুদা ।

উরাতু মেনেকাগী মতমবাক্তি থল্লা অমুকস্তু ঙাথরি
হন্না হন্না ঙাইহাক লৈত্তনা য়েংলি অকংবা হৈনৌ পাম্বীদো
অমুক য়েং অমুক লুকথা
উরা অকংবতুদা তনৌবা মমাইনা শুরু-শুরু তকলি
মকু হুরবা পামেলতু নাললি
মেনেকাগী হকচাং ওইরবোই নীংতুলা ।

অঙাওবসিনা কর্রি লাইরিক পারুতুনা
কনানা করি বারী লিবীতুনা
স্বর্গগী জগোই শাবী নিংশিংজুল্লিবা
কনাগী মমাংদা শাবা য়াদবনি
লাইয়াম সভা ইন্দ্ররাজগী মাঙদা শাগদোবনি
করম্বা শক্তিনা মোন খাংলিবা ?

অঙাওবসে চাননা তুমখুন তাগ্রে
অশিবগা চপ মান্নগ্রে
ময়াংনা কংলিবা বাখলনা লাকহৎলবনি
চংলি হায়বতা মঙাইরে
মমি শান্নবনি করি চিংননিঙাই লৈত্রবনি
মাগী কর্ম্মগী ফলনি ।

মানা মানা ভৌজবতনা মানা ফংই
অঙাওবশিংনা ঙসি তারিবা দখা
করিনো মানা থল্লিবা বাখল
অনিংবা অমদি লৈরমগনি
মাবু য়েংবদা বাদবা ঙমদে
করম থোক্লগবা মিপাইনরি ।

---

## ( ১৯ )

## "রাধাগী অরাবা"

যমুনা ইরোলন্নংদা চোংথতুনা শিরগে
মাগী প্রেমগী মৈরিনা চাক্লেনে
ইতা ঐবু কোনশিনবীরন্ন ।

করিনো করিগীনো নংনা ঐবু কারিবা
মাগী সেবাদা নিংবা থুংজত্রবী ঐনি
ঐসে পোকপগী মহৈ য়ান্ত্রবীনি ।

পামুদ্রেনে ইতা ঐগী থরাম্নসে
নোংমতা উদবদা লৈঙমদেনে
লকনরিবরনে লাকখিগদরনে ইতা ।

কুচুদা মুবা নত্তে
থম্মোয খাওনা মুবনি
থম্মোয় পান্দবনিনে ।

ম্রাহং অমতম্ব হংবীদা
পাওখুম অমতম্ব পীবীদা
কবিগীনো অম্নক নুংশিবীদবা ।

থম্না থকী লাইজগুম
ইপাক থকী কোঙ্গোলগুম
ঙসি হয়েং খঙত্রবা পুন্সিদা ।

মপোক কয়াদা উনজগবা
থাজদরে হন্দক মপোকসিদি
হৌঞ্জসনু মপোক সিমদি ।

মপোক অমা ঙাইরুরগে
নত্রগা গর্ভস্নুংদা চংলা
অমুক হন্না পোকলুরগে ।।

# "ভাইহাকসু মনোকসি"

মালিকা নংগী ঐগী ৱাথোকসে
লৈবাক সরা শন্দোরি করম তৌশিরা
ফম অমা পায়হৌশিরা
ভাইহাকসু মনোকসি ।

মৈরা পাইবীগী ফম অমা পায়হৌগেরা
নিশাবন্দগীরা করিনো অমা হেক্তা
ফম অমা পায়হৌশিরা
ভাইহাকসু মনোকসি ।

হৌজিক্তি ফমবু পায়রদি য়াংরবনি য়ারবা
ঐসু পাটি য়াওরা মিনিষ্টর ওইরা হোম পায়রগে
ফম অমা পায়হৌশিরা
ভাইহাকসু মনোকসি ।

নত্রগা লৈকাইগী ক্লবকী মেম্বর
স্কাউটকী কমান্দর ইন-চীপ ওইরশিরা
ফম অমা পায়হৌশিরা
ভাইহাকসু মনোকসি ।

দ্বীপ মাপলগী লম্বী ফাংকে
নাং-নাংকী, তু-খোং শেংদোকে
ফম অমা পায়হৌশিরা
ভাইহাকসু মনোকসি ।

চাংমী তম্মী খায়রমলোই
অত্থগদা বাথোকসে খন্না ফনি
ফম অমা পায়হৌশিরা
ঙাইহাকস্থ মনোকসি ।

নত্রগা অঙাং ওল্লা কৃষ্ণ শারগে
নংগু থৌরানি শায়গেরা
ফম অমদি পায়হৌশিরা
ঙাইহাকস্থ মনোকসি ।

---

( ২১ )

## "স্বর্গ কাবা"

মালি থল্লো মালো ওল্লি লৈখোং নাক্তা
অমুক চেপ্ত্না অমুক হৌগংলা য়েং
কন্না য়েংজবস্থ ঙমজদা অঙাংবা ।

থেংনরুবা লৈরাং কয়াদগী হন্দক্সিমুক মফম্জা
তুম্বা হিগ্না চাবা মফম খঙখিদ্রে
মুরুম মুরুন "শোম্না-লৈ শোম্না-লৈ" শোনদ্রে ।

যুমদা লৈবা অঙাং-স্থবী লোইনা মিপাইনরে
চহী মগুাংসিদা কৈনোনে ··
অহল অনিসে নহা ওইথোক্লে বা-বা নোক্লি ।

ইশুশিংগু মধোগী ভাওবদা লৈশগ্গি
"তেখাউ পাংকী শোম্না লৈ, তেখাউ পাংকী শোম্না লৈ"
ডুংশি মাইথোং উরুবদা থম্মোয় লাইয়ুম ঈহৌরে।

ইথৌ নংগী লৈদো অমুক্তা য়েংবা য়াংগত্রা
কয়াম ফজবনো কদায়দা শাংপনো
"করি লৈ মাগ্নি" ইশুনা হংলি।

"য়ানি-য়ানি শাংতৌরে ইবেম্মা
হয়েং শাংলা ফজরকান্দা য়েংউ
অমুক্তা উত্রিবা লৈরাংনিনে," হৈনা খেমলি।

"হায়শিন্নরিবা নংগী নকোক্তা
কবি শারিবনিকা হায়গুনা
রাখলনে রাখলনে," ইশুনা খুম্নি।

য়ুমদদা নত্তে কৈথেলদস্থ নিংকুং নিংফুং ভাওনারে
অভাওবনা কৈথেলগী চেগায় নেৎলবদি লায়য়েংবা য়াদে হায়বৈ
"শোম্না লৈ শাংতৌরে শাংলে কদায়দা"।

ময়াম্না থিনগ্রি হুপা মালিসে অসিরা
লৈ কলম শেমলি হায়দো বদায়দনো কদায়দনো
লৈরাং মতারোই কয়ামস্থ মিপাইনরী।

"শোম্না লৈ হ য়ত্নবু কয়ামুক ফজবনো"
বাকমসি স্বর্গ য়োথ্রে লাইয়াম তিম্নথ্রে
"তেখাও পাংকী শোম্না লৈ শাংলে য়েংশি"।

ইন্দ্ররানীনা মবুংঙোদা নিংঙাই তৌবা হোয়রক্নে
অদুইঙৈ সৈত্য ভামানা মবুংঙোদা পারীজাংকী নিংঙাই গুম
"তেখাও পাংকী শোয়া লৈ", অমুক্তা য়েংজগে লাইয়ামগী মপু ও !

"খঙদেদা ইবেম্মা মালিসিনদি ৎয়াদো কোন্দনা লৈরিনে
করম্না লৌরকনি
য়েংউদনা লৈকোন্দা তৌরিবসে" ।

"মবুক য়াম্না ফবনি লৈগী দোলাই থাদবীযু
চিঠী অমতংগা লাইয়াম্না য়েংগে নিংশিংবীযু
হায়না-তাম্না য়াবনি ঙাওজরবস্নু" ।

মালি উপাই লৈতে লাইয়ামগীনিবু হায়রবদি
পুস্পা দোলাইদা শোয়া লৈ থাংগৎব্রে
হরাও নুংঙাইনা মপি ইরা চেল্লি ।

লাইয়াম সভানা য়েংনরে
মহাদেবনা চিংনরূপ তৌই দুর্গানা নোকক্ৎে
সরস্বতীনা বিনা যন্ত্রগা লোয়ননা ঈশৈ শংলি
লক্ষমীনা তানপুরা পায়রা তাম্বারী ।

জগৎকী মপুনা মোমোন মিৎয়েং তাবিরী
ইন্দ্র ইন্দ্ররানী লাইয়াম জগোই শারী
জগৎ শান্তিগী মঙ্গল নিনরি ।

# "ঐগী খোঙ্গুল—মেলৈনা করি হায়রি"

লৈহাও য়াওদ্রবস্তু তাংজবী ওইরবস্তু
লাইজা ঈপ'ল লাংবীদ্রবস্তু
শ্রীগোবিন্দ সেবাদি ফংজবনি
করিগীদমক ঐবু হুংশিবীদ্রিবা।

নিতি সেবা কাউজদবনি
ধূপ থাউমৈ থাহুনা
নংতনা ঐগী লাই নিং ওইহুনা
লৈজরিবী ঐনি।

অভোবা চেবাংহুদা অগুবা কালিহু অমুক্তা তাবীযু
খোংইরি খোইরিবু ওইরবস্তু
ময়েক মশোন খণ্ডব্রবস্তু
লাইবক ঙীবী ঐগী শরুক ওইজগে।

ঐদি নংগী শুম চ রবা ফৈরাশিদা
উচেং-বাচেং মরক
য়েন্দাম্ব পোলাং মরক
অমনবা পোলাং মরকসিদা থাগুলিবনি।

দলান মথোলনিকা হায়হুনা
থুম্বোন মানবসিদা
অহুবু ঐ শাংকে হায়না শাংপনি
করিগী ঐবু শিংথাবীদ্রিবা ?

ঐসে নংনা মিন্নাইবিরবী লৈরাংনি
অহুইঙৈ চীংমী হুপী অমদগী লৈহৌবদো'
শগাইদা য়ান্দুনা থন্বীখিবদো
নচা-নশুগী অরা মতেং পাংগনি হায়রুনা।

নচা ইবুংঙো, হন্না এগীদমক বাখিবদো
লুপা লিশিং কয়ামক্তম মাঙহনখিবা
ঐগী ইমা ইন্দোন কয়ানা কংতুনা মাঙবদা
মপি ইন্না চেন্না অরা অনা থাং।

শিংলগে ঙসিদি লমন
মখোয়হুগী চাদা-নাওদানি ঐসে
নংগী লৈকোন্দা ননিং থুংনবা শাংলখিনি
ইমান্নবী উতাংবী কাকলৈ শমজিরৈ কয়া কয়া।

য়েরুবা থাদবা য়ারোই ঐখোয়বুসু
ঐখোয়সে নংগী প্রেমগী সাগরদা তাউন্নবনি
নংগীদমক ইপি-ইন্না কংত্রিবনি
নিংশংদ্রনে রারি শীংবুন ময়ামদো।

কন্নিগী ননিং থুদবা লৈ
শোইখিবা ঙামখিবা য়াওরবসু ঙাকপীনি
লৈরাংগী জাংতা পোকপী ঐখোয়নি
ঐনা অঙাওবীদোনা তৌরিবসে নংগীদমক্তি।

---

# "বৃটেনগী যুবরানীনা লৈথিদবদা"

ঐগী ডাইনা বৃটেনগী ডাইমন্দ বৃটেনগী মজা ইবেম্মা
পৃথিবীগী মমোমলোই
নংনা থুপখিবদা পুন্নমক তেংথারি
অরা মায়য়োক্না খাংলিনে ময়ামসে ।

থরায় পানবা হৈপাল লৈপাল পুন্নমক মরাই লুক্নি
নংগী মোং-হাদবা শকফম
লৈমকোন ওইবগী চীংলেম্বী
মীনুংশি লৈবী নংগী নগুন্দো ।

মালেম পুম্বগী থবাই পুরগা তুমখুন তান্নিবী
ঐখোয় পুন্নমক করন্না কাউগনি
নংনা তৌরম্বা থবক থৌরমশিং শিংথানিংঙাইনি
নত্তিক নথৌনা নঙানগী নঙান্নি ।

মালেম্না নংগুম্বী মমোম ফংজবদি
পৃথি মঙানা সতী সিতা ফংজবগুম্বনি
মহাকতো মথানুংদা কোনশিনবীথি
ঐগী ডাইনা নংহু কোনশিনবীখত্রা ?

ইবেম্মগী থবায়না চংথ্রবন্থ
ধ্রুবতারাগুম ঙাল্লি
থম্মোয় চাউবী মোমোন নোকপি
মীনুংশি চাওবী ডাইনানিকো ।

জগৎনা লৈরিমখৈ নঙান মুৎলরোই
কয়া অমগী বারী তাধে
ডাইমন্দ ডাইনাগী ফজা বারীগুম্বদি তাত্রি
পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি ঐথোয়সে ।

মাংখিবা মনিসে করিনা মহুৎ শিনগনি
লৈররোই লৈররোই ফংলরোই অমা
পীবীবা ওইশনু মপুনা
ঐগী বৃটেনগী যুবরানী ডাইনা অমা ।

---

( ২৪ )

## "পিরাং শিঙ্গুরী"

স্না লৈপাক মনিপুর কাংখোং চাইরে
ইরাংদা তাউখিবনা
জগোই শারিঙৈ
লাই হরাওরিঙৈ
খুম্লাওনবা ওইরমন্ত্রে ।

মচেৎ মচেৎ তানবা ওইরম্রে
মরাল লৈত্রপা মুসলিম ইচিন ইনাও থবাই মাংনখ্রে
ওম্মী মভানি মসিবু মীওইবগী লিচৎলা
চীংদা চীংমী মশেন অকনবনা অশোনবা তুহৎপীরি
তম্পাক থরসে লৈরয়োইদ্রা ?

ইপা-ইপুগী শক্তম্বু মাঙখিবা তারব্রা
ঙসি তাং ২১।৮।৯৭ ইং ইমানা তেংথারি
ঐবু মচেং-মচেং শায়েন-ঙায়েন্নগদৌরিব্রা
ঈনা লৌথোং চেনগদৌরিব্রা
ইথাগী ইচামথৈ মীরমলেন্দা তিনগ্রদ্রা।

জাং-বীজাং খায়দনা নুংশি চ'ম্নমা লৈজরব্বা
চংনা-লোনচং কায়খিবনা
খুরকী ঈনা লাই শানরি
পৃথিবীদা করপসন্দা ফমমেল ফমলিবা
মতুগী মনা মথুম ফংনরি।

ঐ পাঙ্গলবনি লৌশিংলবনি নাপল্লি
মীনদি নোঙ্গি মমিং মথা খঙবীদ্রি
বারী-বাতাই শাননিংবদি হায়রুদু
মীনুংশি য়াওব্রবা মীওই ওইনা খল্লি
মীহাৎপা মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা ইমু-নাইমু তানবা।

কায়খিবা তারব্রা ইমাগী শক্তম
থীজরবসু নুংশিজৈ ইমাসে মনিনিনে মনি
কংলৈপাক্কী মনিনিনে মনি
মৈতৈ লৈপাক্কী মনিনিনে মনি
ইমাগী খল্লুবদা ঙসি মীংলু পিরাং শিন্দরি।

ঙসি জাং-বীজাং খায়দনা
অরা-অনাগী ফিজোল শেংলা
মমোম করানা তেংথারি "ইমা-ইমা" কৌহুনা
মীকপ মীরাওখোন তারা উরা
মচাশিংনা থম্মোয় চাক্লা খাঙলি।

ঐনা শিন্থরিবা পিরাংসি কনাগী দমক্তো
ঐবু পোকপী পালেমগী চেংলৌ শকক্কম খঙহৌদবগী রা
পলেমগী আমৃত মহাও খঙহৌদবগী রা
নত্তে নত্তে পলেম পোকপী ইমাগীদমক্তি
ঐখোয় খুাইগী ইমা মনিনে মনিপুর।

ইমাগী চেংলৌ শক্তম উহৌদ্রবসু
আমৃত খোম্লাং মহাও খঙহৌদ্রবসু
ফংজরে খোইথুম্লবা মহাও
ইমাগী মুংশিবা শক্তম উজরে
অসিদগী হেনবা অমা লৈরমলোই।

অবা মায়খোংনা মপি ইরা চেন
লৈকাই খুদিং পন্দুপ পন্দুপ পোংথা পোংথা
ইমানা ঐবু আমৃত ইনবীরি
ইবুংঙো ইমানা ইচাগী খোম্লাং খাক্তি
থকলো লৌশিং শিংলো পাওমেল্লি।



# "মোল্লং শান্নবা"

ফিদুরী শেং চন্দন-চরানা ইরং-লং
ঈশ্বরগী নাম তারু লেংলক্লিবী
ভক্তি প্রেম্না থুমহংখিদুনা মায়থোং মকা লাম্লিবী ।

মোমোন-মোমোন নোক্লা অনানবা লম্বীদুদা লেংলিবী
প্রেমগী ইপোমদা তাউরা তুরোই-ডারোই লেংলিবী
শক্তি মিত্তা ঙমজবীদুনা হায়ফেং য়েংঙকপদি পাম্মুইদো ।

নোংমা নিংঙমদবা অমত্তু লৈখিদো
মতু ঐত্তু য়াম্না নিংঙমখিদে
মতুতবু নিংশিংদুনা লৈরি ।

ঙুমিংতো মঙানি চাকৌ চংপা ঙুমিংনি
লৈজবী থাদুনা কেবী
শোয়দনা চংকনি লাকনি খল্লবনি ।

অমুক্তং উজহৌরবদি পাপ কোকত্রা নিংজবনি
নোংনা থিংলি-থিংলি তাবগা কদাইদা উজহৌদবা
জীপ-কার গাড়ী মচা-মশুদা লেংখিবনরা ?

অতুবু লাইবক ফবনা হল্লকপদি উজহৌরে
ফজরমগনি খল্লবদো থোইনা হেন্না ফজরগে
মীংকম হোংনিংখিদে ইকায়-ইকি থাদোক্তনা য়েংজনিংখি ।

অহুবু কুইনা য়েংজহৌবা ফংজহৌদে
উপ্রনি মতাগুম শৎ-শৎ ফীরেংল হোংদোকখিদো
ইকায়হুনা মায় লৈথোক্লনা খাঙাখদো।

ঐনদি ফজবদো অহুম য়েংহুনা লৈনাংবদো
ঐমুক বাবসে জগৎসিদা অনি গুরমখিগন্না
নত্রগা মোল্লুং শান্নরিবা হায়হুরা।

মোল্লুংগী বাসিদি নুংঙাইগ্রবা জাংনি
অভাং পাখং মচাশিংনা ফোর চার
ত্রগ কাপ্পা শান্নহুনা লৈবগুম

ঐনা শান্নরিবা মোল্লুংসিদি লময়োবী খমথেংবীনি
ওইহননিংবতা ওইহনবনি
অসিবু কপশিরা নোকশিরা?

মোল্লুং শান্নরবসু অকায়বদি থক তৌজানংদে
ইথন্তা ওমচাক্লরবসু মীমাংদি থোকহন্দবা
অকায়ববু তৌদ্রবদি কনামসু কার হায়রোই।

মহুনবু হেন্না নুংশিবীগনি
বারী শিংবুল ওইনা লৈহৌরবসু য়াই
মসিদি মসিগী থাক ফাওবা লৈবা জাংনিনা।

গুন ভাক্ল চংপনা মীওইবগী হৌনশানি
ইজৎপু লৈত্রবদি হিংবগী কান্নবা লৈতে
চংনা স্বর্গ কাবা হায়বসে ধর্ম্ম কায়দববুনি।

অচুম্বমক্কি মসিদা থৌশাবনি
মহৌশাগী সাউন্দ য়াওদবা সিনেমা বাস্কোপগুম্বনি
কদোমগী মরি মতানো গুথও থওদনা ।

কবিতা ওইনা কপচবনি
শৈরেং ওইনা শৈথাজবনি
ঊস্রবস্থ লৈতমদে উরে য়েংতমদে ।

---

( ২৬ )

## "কলেজ কাবা"

প্রেমি প্রেমিকা অনি কলেজ তম্মিন্নরি
অনিসে ফাল মাইয়োক্কে ।

থম্মোয় থম্মোয় ৱারী শানরি
মিংয়েংনা পাওথোক চন্নরি ।

সমাজগী মিংয়েংদা কারননি
লোনা লৈনা য়াদবনি ।

য়েক তিন্না শলাই তিন্না
য়াদে হায়রা অমুক হেন্না চাক্করি ।

সমাজবু কিবগা
চুংশি মৈনা চাকমনবগা ৱারে অনিসে ।

করিদি ফোংদোকপা ঙমদা
থম্মোই থম্মোই চাক্লরি ।

কলেজ কাগদোবগী ভাইরি প্রেমিনা
প্রেমিকাস্থ সাইকল তোংজনা লাক্লি ।

অমনা খোঙনি
চৎমিন্নবস্থ য়াদা সমাজবু কিবদগী ।

কলেজদি য়োদবা য়াদে
প্রেমি রিক্সো তোংলে ।

প্রেমিকানা স.ইকল তোংলা
মতুং ইন্নরি তপ্পা তপ্পা ।

অমুক থোগৎলি
অমুক তপথা মুংশি চেংলৌ য়েংনিংবা য়েংজবদি ঙমদা ।

মিং উইশিল্লা প্রেমি পুন্নমক উরি
মঙাও থিনা ভাওইদা চাকলিমাল্লে অরেম্বদা ।

য়াদে খঙনরিবনি
করম তৌশিরা খল্লি প্রেমিনা ।

করম্মা ফোংদোকশিগে
চাক্লিবা মৈচাকশিবো বাহৈ অমতংদি ।

অনিমক্কী লাইনিংনি
অমনা অমা ফোংদোকপা ঙম্মদে ।

মতমদি অকক্রবনি কলেজ য়ৌগদৌবা
ক্লাস হৌগদৌবা পুং তরাদনি।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা
কুমশিং য়াম্লক্লে।

কলেজ তম্বা লোইনরক্কদৌরে
ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরিবা।

ঙসি ফাওবা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা
করম্বা কান্দা ঙমগনি।

অসুম অসুম চাক্রুনা লৈরগদ্রা
পুন্সি কেমচুনা মাঙলগদ্রা ?

থম্মোয়মুংদা কপনরি
অমনা অমা হেন্নদে।

ফম্মিন্নরিবা পুন্নমক খঙই অনিগী মতৌ
ফোংদোকপদি য়াদে সমাজবু কিবনা।

হন্দকী মপোক্তা থুংনদ্রবসু
মপোক লাংওন্দা থুংননবা বর পিনরি।

অদুবু অনিদি ... ... ... ...
করম তৌশিরা ... ... ... ... ।



# "হিথুংফম"

তাং ২ । ৬ । ৯৭ ইং

অয়েক ল'ই থুরুমনরি
থম্মোয়দা তাবা মনিস্থ ইরাংলি
পনথুংফমদি অমত্তনি ।

লমফাংনরবা তাইবংসিদা
পনথুংফম য়োনবা
নাইতোম হিহোল্লি ।

অয়েক লাইদা বারি শারা
তেক্ত-কাইদা সেবা চংনরি
অসিস্থ হিথুংফম অনদনি ।

ভাবনা শারা
মমিদা খোশারা
পেন্নরি মাগিদক

নীংবু নীংলবদি
থংদবা লৈতে অনভা
হৈবোং মথাদা লোংনা হিপল্লা করি ওইজবা ।

শ্রীচৈতন্যনা মবুংঙোবু নিঙজবদি
মীংলু পিরাং শিন্থনা
পাম্মোম বাংনা থাঙ্গৎতুনা জগোয় শাইদে ।

ভক্তগী অশেংবা মচাল উংতুনা
মীপুম খুদিংদা প্রেম য়েংলিদো
মহাক্তো প্রেমনি ভক্তনি ভক্তনি ।

ফংজখি শ্রীমতি রাধেদা
"রাধে রাধে শোল্লা মুরশা" হইখি
অয়োবা থিথংফম্নি ভক্তগী ।

---

( ২৮ )

## "থৌনিজবা"

মমি লাক্না
পাদম ওল্লা
কৗশি কোঙ্গোইনবা
অথুপ রাইহেনা
নাপ চীক্না পাউমেঞ্জরি ।

অখঙবশিংগী য়াবাবু
খোঙ্গুল লৌজবা নত্তনা
করিদি উপায় ?
গুরুজনশিংগী মফম্দা
হন্না হন্না চংজরি ।

গুরুজনশিংত্না শান্তি পুরকই
আমুত খিক্লি
মালেম লৈতংহল্লি
মোমোন মীনোক নোকহল্লি
খে ইথম্নবা য়াপাউ শদোক্লি ।

লৈরশনু মালেমগী মালেম
জগৎকী জগৎ
শান্তিগী শান্তি
প্রেমগী প্রেম
কল্যানগী কল্যান ।

---

( ২৯ )

## "অমম্বা ফিলম"

তাং ২৭ । ৫ । ৯৭ ইং

"অমম্বা ফিলমদো" য়ান্না মুংঙাই হায়নৈ
য়েঙলুবদা কপ্পা লাউনবমক্তা।
অঙাং-নুবী পুম্নমক খাঙদ্দা ওমদহুনা হীক হীক কপ্লে ।

কুমান পুগ্রবদি য়েংবা য়াদে হায়নৈ
টিকেংকা কোম্নদা কুমান উংকদোবনি ।

বারিদি কম্দোবা ?
হেয়ো হেরোইন অনিসে গুকখঙ খঙনদবা জাংনি

মমিং কৰি কৌই শাগে নাতৈ খঙনদবা জাংনি
য়েক থোক্রবদি লুদোৌরিবা জাংনি
"অমম্বা ফিলম" মকু মঙ বারিগুম্বনি ।

রারিদ অা — য়োনা হকচিনব্রে অনিদো
লুহাংফাল ফমব্রে
মচা মশু লৈখ্রবা জাংনি
মকু নঙ্গী বারনা মমাক ইবুংঙোনা লীবদো
"মজা ইবেম্মা ঐনা লৌজরম্মী পীবীরো হায়বদো" ।

মতুদা মদা মচাম্নপীগী মফম্না থাগংপা
নিংথৌগী মতৌক মওম থাগংপা
লুহাংবা মহোং অতকপা চাক্কা
মানী মতৌক মওম লান্দা তৌশংবা
মকুদ কথংখোনা লৈবাক ওঙ্গায় অমা পীহুনা পানবা ।

অানৈনক্কী বীচারদা প্রজন পেনবদো
ফিলমসে হৌরমদাইদা ভাবোক্পা লাংবসি মতাম্নি
"চকাথেকপী ফিলম" হায়রম্ব মহায়নৈ
হৌরমদ ইনৈ মুংপা অতুনা অমুক হেন্না লাঙহল্লে
রারীদি শোইনা খঙলবনিনা হুইসেলনা খেংলিবা
লংগুর থিল্লবা চোং-কংবা অঙকপনি ।

সিনেমা হোরে কম্না হৌনরে অনিতুগী মতৌদা
য়াম্না লুনা খঙনবনি শমত্রগ শমত্রনা
অমগীস্তু মফমতুমক্কদা থংই
অমগীস্তু মফমতুমক্কদা থংই
করম্না উংখি করম্না উখিবা লোংদম্বনি ।

সনা কৈথেলগী সনা লমজাওদা
তালবু চানা উহৌবনি উংকে হায়না উংপস্তু নত্তে
য়েংগে হায়না য়েংবস্তু নত্তে শুম থোকউ হায়তুনা
নাভী কুণ্ডগী মথক ওইরপ অায়ুত থোকফমগী মখা
চংনরোলবু কিনা লুনা চান্না চংচবনি ।

---

# "নুংশি শক্তম"

তাং ৮ । ১১ । ৯৬ ইং

ঐগী মঙলান্দা তত্তুনা উরি নংবু
নংগী ঐগী পুন্সি ৱারি শামিন্নরি ।

কাউঙমদবা থোৗদোক কয়া নিংশিংলি
অহুইঙগী নুংশি চিংলোকনখিবদো ।

ঙসিদি মঙলানসিদা মুত্তি ওইনা লেপ্লরে
অরা ঈপাক লালবিগে হায়দুনা ।

খুজেঙ পালোইনদুনা লম্বী তাকপীরি
চৎকদৌবা লম্বীদি অসিদনি ।

নংগী নুংশি পনথুঙ ইঞ্জবা
নংগী ঈপাক ঈরেন্দা তাওজবা ।

ঈপাক ঈরেন্সি অঙকপনি
পুন্নমক কাওথ্রে উরুবদা ।

---

# "লৈহৌরনি অসুম অসুম"

নংগী ঐগী বারীসে কনাদা ফোঙদোকশিবা
থম্মোয়-নুংদা ওমচাক্লরে
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

খগা-থোইবী রারিনসু হেনফদা
মাইমু বোরা চাওবনসু শোকভমদা
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

রাথোক চাউবী র'ধাগুম
থম্মো'য় শোক্লা লেনবদি
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

অতুবু কৃষ্ণ সেবাগী
কাথোকপদি ভম্বা তাই
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

সেবাগীদমক ইজবা শৈরেংনি
বারী শিংবুল ওইনা লৈহৌরনি
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

মৈনা ঈশিংদা চাংয়েংপদা কোক্লরোই
হকগ্রবা দাক নমগ্রবা ফোটো ভাক্তনি
লৈহৌরনি অসুম অসুম ।

---

# "নীংঙমদেদা অহিংদো"

তাং ১ ৪ ' ৯৭ ইং

নীংঙমদেদা অহিংদো
হায়নৈ মীনদি অমুক ফংলরোই
লুহোংবগী অহিংদা ।

শ্রীবিষ্ণুমক্লি খন্দুনা
সংসারগী অকুপ্পা কোকপীনি মতাংগুন
নুপীশিংনা ইরংচরি ।

অতুবু ঐদি মঙলান ওইখি
নত্তা রাখল কয়না
মহাক্কী সেবা ফংজখিদে ।

পোংলোই শমপোৎ লৈতেংনা
কিয়াম্লৈ লিকফাং ওক্তুশি
মবুংঙোনা চানবীরসম্ম মতানি ।

অতুবু অরেপ্পা ওইখি
অহিঙ অদো হৌখরে
অনম্বগী অনম্বা অহিংনি ।

লাইবক থীবী মপোক্লা পোকউবনা
বাখল থেনবী হুঙ্গা ওইলনা
পেলহনবা ঙমখদে মঙালো ।

লাইবক ফবী ইতাবোই কয়া
মবুংঙাবু ফংজবদা হরাওজবা
পঙবনা ঐদি করি ওইখিবা ।

ঙসিদি ফংলরেই অহিংদো
ওইহল্লিংলে ইতা অহিংদো
মুপী ওইবীগী মপ্পাকসে ভোল্লিদা।

মুপা ওইবশিংদি চামরক য়াই হায়নৈ
নীংঙমদবশিংসে করম্না কোকনি
মুপী ওইবীশিংগী তমলমদেদো ।

অতুবু ঐদি চুম্নতগী পঙজবনি
নত্তা বাখল অমত্তা লৈজদে
লানজদবনা ফংজরে মাগী সেবা ।

নীংঙমদবা অহিংতুগী লমনদি
মানা পেনবদা ঐগী লুংঙাইবনি
মপু মাগী থুয়াদা মংগীদমক মঙ্গল নিজরি ।

ফঙজসন্ন অতুগুম্বা অহিংদো চামরক
কৈন্যাতুনা মবুংঙোগী শৈজা শেমজবা
লেঙলকলনি থন্দুনা ইকাই হঙোই লৈজবদো ।
নোংঙানবগী অয়ুক ইকাই হঙোইনা
ইমুং-মচুং খোমজিন ভাশিল্লা
বিনারানীবু মালেম শক্লা থাগোনজবতু ।

# "লাইয়াম"

তাং ২০ । ১২ । ৯৩ ইং

য়ামথ্রেদা ঐখোয়গী লাইয়ামসে
খোংবাল্লাই-তিনখাক ফাওবা (য়াওরে) য়াওরে
উমং-লাই যুমলাই ময়ামসে
শেন্নবদা পীকোক ভাওরে ।

বোক্কী চাকথাক নিংশিংলকই
লৈবাকসে মখোয়গী চাকথাক্তা তুমগদোরে
"নহুম পোন্দেম শাবীগে
লাই থুবাক থুবীগে" নিংশিংলকই ।

হৌঃ-য়াঃ-হৌঃ-য়াঃ
হৌগ্রে মতমদো
"ঐ" লাই তোংবনি
লাইফমনি "ঐ" সে ।

---

# "বলিগী হামেঙ"

তাং ২৭ । ১ । ৯৪ ইং

হায়নবা ৈল
"খোইযুম স্নংগী হামেঙনা
ইমা ইমা তুর্গা পুজা লোইশ্রব্রা ?

হংলি লমদমসিগী মীওইনা
মরোলনা: লাই শোল্লব্রা
চংনবী হোঙশ্রব্রা ।

বলিগী হামেঙগুম
পুল্লি চংনবিনা
মখোয়গী চাকথাক ওইদৌরি ।

"লাইগী মমিংদা
শুমতুনা চাবশিংদো
লৈরিব্রা ইমা ইমা" ।

ওইজনিংদে বলিগী হামেঙ
মে মে খোঙবাদো
য়েংইহেদে য়েংইহেদে ।

ময়াদা নাপী চিক্ত্রবা হামেঙ্‌ম
খোংঙমত্রবা হাম্নেঙ্‌ম
কিথি-কিরুম য়েংলি ।

"ঐবু কৈদৌঙৈ লোইশিনবিগদৌরিবনে।"
অখঙ শাবশিংনা তৌশিন্নরিবশিংসে
মখোয়ণী শেন্দান লম্বীদা ।

---

( ৩৫ )

## "কু-কু মম্-মম্"

তাং ১৩ । ৩ । ৯৩ ইং

লান্না লমজিংগ্রবা নহারোল
লান্না লাইনিং পরৈংথ্রবা অহল্লোন কু-কু মম-মম্।

ঐবু ঐনা খঙববু পাখঙবা লাইনিংনি
হক্লোন খঙববু নিতী সেবানি
গু-গু গুরু য়াথংনি ।

নত্রবা লাইনিং লাইশোন কয়ানা
শক্লি শোল্লি ঐখোয় মঙায়রে
অকে-অমৌ ইরাংদা তাওব্লি ।

নুংহোঙ শোরাং মোয়েরাক মৈহুম চুরি
চংনবীগী মুংপাক্তা হায়হংলি
সমাজসে লৈখা তাবি অশুম অশুম ।

লমকৈ চংলিবা অহল-নহারোন
থরাই মঙা মিগা থানা তরুকমক
কু-কু মম-মন ।

---

( ৩৬ )

# "চাকনিবা নিপা অমা"

তাং ৫ । ৫ । ১৭ ইং

মনীং থুংস্রবা চাকনিবা
চরাম চদংনবা য়'ঙংবা
মুরুম মুরুম শোল্লা
মরাই লুক্না চংলিবা ।

প্রেম ঝ্যুলি য়াল্লা
কনাদগী করি নিশিরা
কনাদা করি পীরমশিরা
অসিতনি মানা থল্লিবা ।

চাগনি থকনি কাওব্রবা
অৱাংপগী অৱাংপমক্তা
প্রেম বিন্দু অমতং ফংলবদি
মহাসাগরনি খুঞ্জর্বনি ।

নিবদা হালেওব্রবা
ইকায় ইকি লাল্লবনি
নিত্রবদি লৌ য়াত্রবনি
প্রেমগী ঈপাক্তা তাওৱবনি ।

মাগী ঝংলিসে হাংলবস্থ
প্রেম বিন্দু কয়া য়াওরিবনি ।
অঙাওবা নক্তেনে
মশম শাংলিবাসে
মংকাই হৌরিবসে
সংসারগী অবা ঈপাক লাল্লবনি ।

---

( ৫৭ )

## "অৱান খুভম"

তাং ৬ ' ১১ ' ৯৩ ইং

নংগী নত্তগ্বাক্তা ওন্না খোইনা চাউজরে
লমদমসিগী লৈহাও লৈনম চুজরে ।

অতুবু ইমা নীংঙমদবা অমর্দ অতুম
নংগী সেবা মতোন লোয়ঙমদে ।

ঐগী অপ বা থম্মোয়না নংবু খাদোক্রা
নত্তা লাইনিং ল ইশোন কয়না কাউহল্লি ।

মিংলেন কয়াগী দেব-দেবী পুংথোক্লা
নাকোয়ননা নংবু থাপত্তোক্লি।

নহাক্না তাকপিবা লাইবা
"অচুম্বনা জয় ওই" কাউথোকউরে।

কলক মীহৌলাংদা থৃহনা
থৈনা মহেক্লে চংলুরে।

নক্ত-ওইদবা ধুম ধাম তৌহনা
ইরাং কৈথেল কাক্লুরে।

খল্ খল্লরগা অবাবগী মৈশাসে
থোইনা থোইনা চাকলক্লে।

নংনা ভসি মীমান্নবা ওমদবা
পংলবা নচাগী ইরান্নি।

ধর্ম্মবু হুরানবশিংগী লৌনম লাংদা তাক্লরে
মখোয়গী য়াথঙদা শক্ক শয়াঙ কেমউরে।

নিঙগদৌবা লাইদি নংদা মওইরে
নংগী মোমোন মায়থোঙদা অরাম খুভম ফঙ্গনি।

আথোবশিংনা নংতবু থোগঙ্গরি
থোনা লৌশং শিন্নবীয় নচাবু।

মতুতনা লাইনিং লম্বী ওইজগে
মপোক মপোক খুদিং থাদোকচরোই।

# "ঙাওরেদো"

তাং ১ । ৬ । ৯৭ ইং

বা — অ — ম — তং
"অসুম হায়না অসুম লেলশিরা"
ঙসি হয়েং খঙত্রবা পুক্সিসিদা ।

নীং—ঙম — লোয় — দরনে
নীংঙমদবসুময়াউরকনি
"ওন্থোকপনিদা করিগুম্বা অমত্তা হেক"
কদায়দা করম থোকখিবা
বাক্মসি নোকনিংলমগনি
নোক্লগদুম হেন্না............. ।

নংনদি লক্লম্বা য়াই
ঐদি অওইবনি থল্লি
অচুম্বা হায়য়ু সত্য শোল্লনে ।

নংগু অবা চৈথেঙসি ফঙত্রা
নোক্তবা য়াদবগী নোকপনি ঐদি থাঙবদা বায়ে
পুম্নমক উপায় থিবনি
অশুক বাবদি অমুক্তা খেঙনত্রি
মীনদি "ঙাওবু ঙাওরব্রা" হায়রিবনি।

শান্নু মচা য়েংবগী পেনবা নাইদে
অঙাওবসু য়েংবা অহুম দুংঙাইবনি
কুম্মৈ অমনি কুম্মৈ অমা ।

ঐ দ ঙাওরবনিনা
নংনা তৌরিমখৈ ঐঙোন্দা লক্করিবনি
লোইনা খন্দোকপা ঙম্মী ।

অঙাওব'দ মন্নুং মপান থিংনা উবা ফংই
কোংদোকপা ঙমদবগী রাদনি
য়ানীংদ্রনে অমুক্তা খুম্মুসে ।

মতুদনি ময়াম চঙহুনা য়েংনরিবা
ঐ শান্নু মচা ওয়েদো
লফু বনদা ঙাওরেদো ।

ভেখাউ পাংকী শোন্না লৈসু শাংলমলে
মালিকাসু খোন্না নোনা শাংলমলে
কেতুকী চীনি চম্প্রা তিংখঙ কোচী পালসু মুংশিয়ে ।

# "রাধানা লৈরাং অমা উরুবদা পেঞ্জবা"

তাং ৫ । ৫ । ৯৭ ইং

ইতা নংসে নরাইবক ফৈদকো
য়াঙ্গংবা খোইমুসে উরগা নোকমি নোকমি তৌরিবী
উনারক্তা লোৎলা
পাইদা পাইরকসনু খওগনিদো শিংলি ।

মবুক ল'মুবা খোইমুনিনে
লৈহিত্তবু পামজবা
মহে ফংগনিনে নংসে
কংসনু লৈহী তৎসনু লৈনা ।

পোক্লা শিরা তাইবংনি
মহৈহুতনি লৈহৌ দৌবা
ফঙ্গনিদো নংদি মহৈদো
দাননি দান ।

পাইরকলেনে খোইমুসে
নহাক কদাইদা লৈবাগে
থিরি মক্ক লুক্না কন্নদি য়েংঙমদা
ইকায় থিগনবা খোইমু মাল্লি ।

করি নরাল ৈলবনৌ খোইম্নসে
লৌনম চাওবা খোইমুরনে
ব্রজগী গোপালস্তু মমিৎ য়াম্বনিনে
অদুবু ঐগীদি থম্মোয়গী মনিনে ।

খোইমুসে উবদা নংনা মিস্তুন চেনগুম চেনগনি
নমিৎনা ইথক থক্লিবা করিগনো
শোয়দনা তোংলরগনি ঙংলরগনি নঙোন্দা
পীয়ূ পীয়ূ মপি ইরা চেন্নরগনি ।

করি থোকই তোংলরেদো নঙোন্দা
চুপলেনে লৈইগদো থম্মোয় পেন্না
কংলসম্মু মতাগুম ইখৌ লাম্বনা
অদুবু খাকইনে খরদি ।

পেন্দ্রমাস্রে ৈলরিক চুপ্পদনা
নৈহৎলি লৈরাং লৈকাশিংদো ।

মচাশিংনা মমাগী অমৃত থক্লা
মখোঙ মথুৎনা মমাবু শিকপা ফোয়বগুম
খোবুম থন্না খোইহী চুপ্লি ।

মমানা অনা চৈথেঙ খাঙবগুম
খোইনা হেন্না নুংশির মচাগী চেঙলৌ উরা
"অয়ো অয়োইমা" হায়না খাঙবগুম খাঙলিবী

ইণা নংশু মমা শকপিনি
নৈহৎসম্নু লৈরাং লৈখোঙশিংদো
খোমদোহী অংাং নবানা খুজিন্না শিকুম্বনি।

নত্তে নত্তে ইতা
থোৌদোক অমা নীংশিংলকই
অঙাং ওইরিঙৈ মতমনি ।

ঐগী ইবুংঙোনা খোম্লাং থক্লিঙৈ
নিংঙাই অমা তৌখিবদো
ঐবু উরা কপ্পা তোকখিবদো ।

ইতাশিং লোইনা খঙবনি
অঙকপা হুমিংনিদো
মাগী করি মনীংনো
খেম্লাং নন্না খোৌবুম থন্না উম্না
নাম্মবুনা তনৌবা খুৎশ'না নান্না
অমুক শিক অমুক খুজিনবদো নিঙশিঙলকই ।

লাইবক ফৈদকো ইতা নংসে
নংবু উবদা থম্মোয় শান্তি ফংই
ইবুংঙোবু নিঙশিঙলকই ।

লেপনমক ইবুংঙোগী দর্শন ফঙজো
নংনা শাংলবা কনাগী নাত্তে
মপু মাগীদমক্তি ।

কল্লকই কল্লকই ইতা নংসে
খোইম্নবুম্ন পেলহনবা ঙম্মীদো
বাৎসল্য প্রেমস্ন পোকহল্লি ।

ঐগীদি কদায়
ইবুংঙোগী সেবা নীংবা থুংখিদে
লেল্লি লম্বোইবী অমগুম ।

( ৪০ )

## 'কথোকথ্রবা থম্মোই"

নুমিৎ তাখিদোরে করমনো
ঙাইরয়গনি ঐবু মোমোন নোক্নুনা
মখোঙ কারন চন চেপতকনা
করিগুম্বা খরদংদি হায়নিঙ হায়ভমদা
ঐদি মীগী ওইথ্রবসিদা ।

ইকাই ইকি থাদোক্লবী রাধানি
নুমিৎনদি ভাগ্রবদি উজাহৌররোই মত্তাগুম
শম্বুলদু পুনরোই পুন্দরোই লেংলকল
অংকপা শকফমনি
শোয়দুনা নাম্ত্ররকপা শায়দোন—দু ।

কবি কনা কলম তাঙমনি
ঙাওরমাম্রে রাধাসে ময়ুম পাম্লবীনে কাউথ্রমাম্রে
অত্তবু রাধা করি নাচুঙখিদরে
মবুংঙাতবু উক্সহৌরবদি "নুংশিবদো" ।

ঐগী ফজবা ফজদবা থম্মোয়দুতনি ঐনা কচ্চগদোবা
তারকপা শম্নাংদু খোইনদুম ফজথরে মবুংঙোদা
ঙৌরোক ঙৌবা মহাদেবগী জটাদা খারোনা জগোই শাবগুম
রাধাগী তনৌবা চুবাদা শাইদেম্না জগোই শারি
অউবা শাবী-শানৌ কয়ানা মীপাইনরি ।

খোঙথাঙ খুদিং শাইদোন্না হাই হুৎনদি করি মফজনো
শন্নাংনা থেঙলে চুবানা হরাউরি
খজাইনা থেঙলা শাইদোন্না পেপ্পরি
অনিগী মিলন্দু অউবতনা খঙ্গনি
কলন্না শৈথাবদি খরখিং ব্রাংকনি ।

অউবশিংনা মিপাইরে অনিগী মিলন্দা
থম্মোয় থম্মোয় ব্বারী শাবদো
করি থোক্লগদোবা বাথোক চাউবী ব্রাধে
মানদি ব্রজলীলা য়াউনিংইদো
মবুংঙোনস্থ মাগী লমন শিংনিংবদো ।

ইকাই ইকি পল লানথ্রে
শেংকনি চাগনি কাওখরে
মবুংঙোগী লীলাদা মথ্'ই কংথ্রে
শন্নাং চোইজাইনা খ্বাংশেং কোন্নক্লে
মরক মরক্তা লম্বী উ'শিল্লক্ত্রে ।

মবুংঙোনা চানবীরবদি শৈজাবু ওইজবস্থ
অমা হেক্তা ওইদুনা খাঙজরগে নিঙলি
"লেঙশিনলক্লশনু তোল্লবীগী থম্মে'য়দা
ঙাল্লরসনু থম্মোয়গী মন্দিরদা
ঐনা তত্তনা ইরাংচ্ছরি" ।

# "লায়রবগীদি থৱায়নি"

জাপান লান্দা পৈশানা ৱাই চাইখি
বৃটিশনা থৌঙম পাংনবা ।

ঠিকাদারনা সোরাবেন ওইখিদো
জগোই শাবীশিংনা য়োমখিদো ।

লান মতমগী খুবাক ঈশে
নুপী পালা ভারোই চোঙ্‌লমী ।

নুপা পালা জয়দেব বাসোপ
নিংভোল পালী হ'য় হায় ।

পৈশা থারম্মী নোং চাইরম্মী
ৱাইগী ৱাইমক্কি ।

ভসি সরকারগী পৈশা
ঊং ৱাই ওনখ্রে ।

শেঙ্গাও পায়বশিংনা ঊং চাইরি
লুহোং-শোরাক্তা পৈশা হৈথরি ।

নাহুৎ-নারেংদা লৌনম তৌরি
পৈশানা লুতোন কানরি ।

বায়দো মঙায়রে মখোয়দা
লায়রবশিংগীদি থবায়নি থবায় ।

থবায়গা বাইগা শিন্নরি
বাই খোমলি নমথাকীদমক ।

"মখোয়দদি বাইনি বাইনি
লায়রবগীদি থবায়নি থবায়নি" ।

---

( ৪২ )

"মতম"

ঙরাংতা শাৎলম্বা লৈরাং
ঙসি খঙহৌদনা কেনখ্রে ।

ঙরাংতনি মায়থোং মকা লাম্না লৈজরম্বী
ঙসিদি লৈমায়থক্রা হাইহৎতুনা তারি ।

লৈঙাং চংবী গুলাপসে
মুগুক মুনা কাহৎলে ।

শারবা লৈতঙ্গাই মরকসিদা
অবা মৈশা লাংতুনা খাঙলি ।

মতম্না অসুম হৌখিবনা
লৈরাংসে খুইজিন্নরক্লে কংচুনা মাঙখ্রেনে।

মতম কৌবী লাইরেখীনা
মোবোন নোকচল্লব্দো ভরাংতনি।

ৎসিনা করি ওইরবা
হায়েংনা করি ওইগদৌরিবা।

মতমগী তাম্বাদা জগোয় শারি
পোক্রা শিরা পোক্লা শিরা যাওল্লি।

কোরৌছনবম্ব অমুক খোরক অমুক মম
য়েনবীরন্মী মাগী রস পুম্বা।

অমম্বগী রস অঙানবগী রস
জীবশিংদি রস পুম্বা চুপ্পা তাই।

সেবানি রস খঙবশিংদো ভক্তনি
কেন্নবা গুলাব শোইদনা শাংলথিনি।

মতমগী তাম্বাদা মপোক লাওননি
সত্য ত্রেতা ভরাং নহান্নুনি।

খঙহৌদে ছৌখিবা মতম
দ্বাপুব কলি ওইরি হৌজিক হৌজিক।

# "নয়াথংনি নয়াথং"

ঐদি নংগী নয়াথং ইঙ্গবংনি
নংগী পাওখোল-লোইনি
করিবু ঙমগনি ।

নয়াথংবু পিবিরবদি
মুক য়াওদ্রবা কলম ওইরবস্থ
অঙৌবা চেবাং লৈত্রবস্থ লাওরম্লগে ।

নিনগ্রসন্থ নংগী আশা অতিয়াদা
মালংদা তিন্দ্না শন্দোকগ্রসন্থ মুংশি নপাও
নাপ্পা চীক্লা ৱাতানরশন্থ ।

খোঙ্জলসিনা থোক্ত্রবস্থ
ইঙ্গিত্তনা কোংদোকলমগে
নংগী আশাগী পম্বুংফম ।

পৃথিবীনা মাঙ তাক্লবস্থ
জগৎতি অহুম মরৈখিনি
লৈহৌরনি নংগী আশা ।

# "অনিদুগী মতৌদো"

দুর্গা দেবীনা অঙোবা ফীজোন শেৎলা
দয়া প্রেম পীবগুম
লক্ষ্মীনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীবীবগুম
সরস্বতীনা বিনা যন্ত্র পায়রা পাওজেনবগুম
নংগী মোমোন মাইথোঙদো অদুম উৎপিয়ু।

নংগী নীংঙমদা মৈচাকতু
ঐঙোন্দসু অদুম লৈ
করমদি তৌনি
ইকাই ইকি পল লান্নবনি
থাঙবদা ৱারবনি ৱারবনি।

কয়াম মতীক মফজা শান্তি ফিজোন
তনৌবী গুলাবী মচুগী শুং ফনেক
শাগোম্নবী ফীতুপ শুৎ মচুদো
লৈঙাং চং কুচুদা লৈতেংবদি
ঐতনা মিহৌরব্রা ?

লাইবক ফবনি ইমিং পেন্না উজহৌবা
অদুবু "অরা-মুংঙাই" খুবাক খুৎনমনি
কপ্পা নোকপা মচিন মনাওনি হায়নৈদো
করি লৈতবদা মিংয়েং কারন্নি তাকপিরি
অচুম্বমক্রি য়ান্না ফৎত্রবা ময়াই ওইরকদৌরিবনি।

হুইনাও মচা চাল্লগা লৈতোন লৈকাই হায়গুম
থিংহৌদবা য়াদবনি সমাজ অমা শেমগে হায়রবদি
ইমুং মনুংগী অঙাং শেমগৎপা তাই
অহল লমনম্ভু মঙান পীবা তাই
নংগী মঙানগী মঙান-মক্তনি থাগৎচরি হন্না হন্না।

থম্মোয়গী ইনিলদি
থম্মোয়ডনা থঃনবনি
অউবম্ভু ময়াওনরি
অতাবম্ভু ময়েংনরি
অনিতুগী মতৌদো
থম্মোয় লোন্না মিতাজক্লবদো ।

( ৪৫ )

"শক্তি"

লৈগদোবনি শক্তি চুপী ওইবীশিং
করিগী অবলা পাঙল শোনবী ওইক্লনি।

অচুম্বগীদমক মায়োক য়াগনি
সমাজবু কল্লমগনি।

করিগী তুকথনা থাংহনা লৈক্লনি
শোক্লবা তাই লানফম কয়া।

ভৈরবী রূপ পুথোকপা ভাই
কৈ তোংবা ভাই নোংশা থোগনি ।

খুঙা খুংলাই শুনা পায়গনি
পুক্লিং হককচাং খুহুম চনগনি ।

অরান অহুই মমুং তানা য়েংগনি
অচুম অরান চুমথোক্কনি ।

সমাজ সংস্কারদা করি করি খুংলায়
অমা বাংপদা লৈখা ভারবনি ।

সাহিত্য লৈচনদা
চন্দী থিবা হায়দুনা থিনরিবনি ।

কোলোই চাম্মা নিপান্না মহ্ন যম্ন ওইরা
ইন্দ্রি খুহুম চনবীয় ।

করি নভবদা মকন কোইদোকপিন্থু
নংদি শক্তিগী শক্তি শান্নিনি ।

নঙোম্বী হেন্না চাউবা অমা লৈত্রে
মহাভারততা মচিন মনাও মতাগী থবায় পীবীবনি ।

# "অদুম লেঙদনা লৈরগদৌবনি"

ঐগীনি নংসে কনাগীসু নত্তে
থম্মোয়নুংদা লোৎখ্রবীনি
কনানসু চিংথোক ওয়রোই ।

করিগুম্বা খুংলাই অমনা
বৃত্র সুর হাংপা ইন্দ্রগী বজ্রনসু
লক্ষ্মনবু তুহনবা শক্তিসেনসু ওয়রোই শেংলোকপা

কায়নবা য়াম্রবা সন্ধি এইথ্রবনি
হায়না শীংনবা য়াওদনা মথন্তা অদুম
ঐসু নংসু খুডাংগৌদে মথন্তা অদুম ।

ঐনা ঐবু খাম্বা নংহৌদ
নত্তোন্দা করম্না পাওদমনি
ইথন্তা কিজবনা নিকখিদো ।

হৌজিকসু তু চুংলিবনি
বা ভাংবা ওমন্ত্রিবসিনি
য়েংবা ফাওবা ওমজদ কিজবনা ।

করিবু হায়রকদগে কিজবনা
ব্বারক ওমদবা থম্মোয়না মিহৌরুবদো
ইমিৎসিদং লোকতাং তাংলম্নবদি কংদৌবনি ।

ঐনা করিগা কাইহৌরুরিবা
ভক্ত বীর মঙ্গালগুম য়েত্তনা থিনজিল্লশিন্না
স'স'রসি উরুবনা ঐগী ইর'ন'নি ।

অহুম ঐদি মপুগী য়াথং ইনবনি
শিবা চঙবা মাগী লিঙ্গানি
অমনবা হকচাং পোলঃ শিনব'ত্তনি ।

থবাইদি থবাইনি
মাদি লেঙতমত্রবনি
অতুম লেঙদনা লৈরাগদৌবনি ।

মায়:থাংনা ফোঙলি থম্মোই পাউদমখোল
পাউদমখো'নবু ত'ঙমজে করি কান্না
করম সেবা চংচনি মহাক্কী পেন্নবা ।

ব'কন্নুনে সেগানিনে সেবা
মইহুনু মিহৌকনু
কংথে কউ মঙেন্দা ।

—— ——

# "অরোনবা পাওখোং ফোঙলি"

নোংমা দুর্গা দেবীনা গুলাবী মচুগী ফিজোল শেংলা
দয়া প্রেম দর্শন পীবীরম্মী পামজবনি থবাই তাজবা ।

কৃপা ফংজরবদা মতম কুইনা কাবা ফংলুদ্রবা কালেজ কাজখি
কুমলকপদা নোংলৈ মুংশিং অকনবগা লোইননা অথাক অরাও তাখি ।

ব্রজগী মৈশানা কাহত্লুনা তৌরাং ফক্তা অয়ো নাহেন্নি
মুমিং তরেংনি লায়কম্নখিদো ।

মাঙবী শেলহুন য়েংলুবদা ফ'ওবক্লে
দুর্গা দেবীদা মিংয়েং কারন তারুরে ।

তৌবতদি কৃপানি কৃপানি
চেকশিন খৌরাংগী সমাজ সেবাগীদমক ।

তরেংনি চাংয়েংনি
পেনবীরমাক্লে অশংবা ফিজোন খোনবীরে ।

জগৎ শান্তিগীদমক শংবান্নবা কীতুপ
হঙ্গাম মপানগী খুংজেং খোল্লা লেঙখোরক্লে ।

অতিয়াসে পুমঙান ঙানখ্রে অমম্বা অমত্তা লৈত্রে
অপানবা কুচুদো মশেক মঙানগী মঙানমক্তা ।

কুপাংগী মিংয়েং ভাবীরম্মী সরস্বতীগুম
থম্মোয় ইথিলস্থ দর্শন ফংজাহৌই ।

লৌশিং থাউমৈ থানবীরম্মী
ভাওদবনা কৈ থন্দবা সনাবুল মাখোল হৌবনি ।

উচৈ চৃম্বা পামেন্না মরাই লুকইদো
লেমজনিংডাইনি লেমজনিংঙাইনি ।

অনি পাংতাক নাম্বা চীফা
কনা হায়দোকস্থ ইঙ্গিৎনি ।

ঙনিসে লাংবনগী খোইহৌবু
বসন্তা কোকিল খোবুন থম্না উমলিদো ।

---

( ৪৮ )

## "ওয়োকপনিদা"

নীংঙমদ্দো অঙুডগী অহিংহু
উজবা ফংজখিদে কনাগী ফজবা মাইথোং
থোংনা নৌনা মতা অমা ওইনা তৌবদো
ওয়োকপনিদা ।

কুম্মৈ-ফিয়োংদি কয়'রক উরে
ফজবা ফজবা কয়া
অঙইবদি নত্তে অমত্তা
ঙম্মোকপনিদা ।

ভাবনা শারি ঙসিদি
মাঙদা ফমলিবী মোমোন মোমোন
ফীজোন খোমজিন তাশিন
ঙম্মোকপনিদা ।

লিলহা মানবী পাম্বোম্না খুদা থোঙ
সনা খুজীনা লৈতেংবদি
কন্যা কয়াগী মিহৌফমনি
ঙম্মোকপনিদা ।

নোকমি নোকমি তৌবা মিংচিনা
ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকপদি
বর কনানা খাঙডমনি
ঙম্মোকপনিদা ।

লৈরাংবু ঙইরবোই নিংতুনা খোইমুশিংনা ঙংলি
লৈহিত্তবু খোইদাজবনি
থম্মোই পেন্না চুপ্পদো
ঙম্মোকপনিদা ।

খোইমুনা তৎপমথৈ চুপ্পা
তঙাং তঙাংফম লৈরেদো
লুংগী মুক্তি ওইনা খাঙলিদো
ঙম্মোকপনিদা ।

ঙুহাং নোঙনবগী
তুলশিবোউ বাই তৈবদা
মুপী ঙইবী শিংগী কযাম ফজবা
ঙস্থাকপনিদা ।

---

( ৬৯ )

## "নুংশি লানফমদা চঙবা"

তাং ৫ । ৫ । ৯৭ ইং

ঙসি থুঙা কলম্না তেঙ্গা থোং
থম্মেযনা লিক শারি
নুংশি লানফম চঙলি

চংলুপদা অঙকপা লানফম ঙইরম্লে
থ্রোন গুরুগী চক্রব্যুহুংদা অভিমন্যুনা লৈবগুম
লানফমদা লমী মাঙখ্রে মাঙখ্রে ।

অঙক-অঙকপা থৌদোক কয়ানা
পলেন তরেৎ কোয়শিনখ্রে
অভিমন্যুদা রথি তরেৎনা কোয়শিনবগুম ।

মঃদি মামতুম্না পীবিহা প্রেম মালানা
অরা-অনা থাগুলিদো
ঈরাই লায়না রথী তরেং মাইয়োক্নখি ।

লানফমদা মথ্বাই থাঞবা মাগী শারথী
মবুংভোগী নির্মল্য পাং তংখাই শিনবিখি
তংখাই অমনা মাগী খাকাহৌই ।

ঐস্ত লানফমসিদা
দুর্গা দেবী সরস্বতী লক্ষ্মী লোইনা নিংশিংলে
লামফমদদি দুর্গানা চাউই হায়নৈদো ।

খোঙফম অমা শোয়খিদ্রা চিংনৈদো
ফিজী-ফিনা থেংখিদ্রা হাঙ্গাইদো
কিনা থংনা চংচৈদো ।

মাগুদা মাবু থম্মা
য়ায়দা সরস্বতী থম্মা
লক্ষ্মীনা তেক্তা কাযদা শেম্নবীরি ।

মায়াগী লাংদা তাংমদে
নত্তা লফৈ চংঙমদে
কৃপানি কৃপানি মখোয়গী ।

লক্ষ্মীগী য়াথং ইঞ্জনিংই
সরস্বতীগী কৃপা ফংজনিংই
দুর্গা দেবীগী থৌজান ভাইজরি ।

পেলহন ওস্বী ভাক্তনি
মখোয়গী কৃপাতনা
জগৎ পুন্দুনা থমলিবনি ।

# "মচং চেঙদো থরাইনি"

নংগী খুদোলসে
ঐতগী ওইবা য়াররোই
লাইয়াম সভানা থগৎপবনি
লোংপা য়াররোই
পুন্নমক্না মাগী মাগীনি হায়রনি ।

মীপুম খুদিংমক্কী অধিকার লৈরবনি
ফজবা চঙ-থোকপা লফোই
মওং মতৌ ফজবা পুর্ন-পাত্রগী য়ুবী
লৈপাক্কী কন্বীগী মচং চেঙদো ফজবনি ফজবনি
কল্লকুবা কনা য়াওররোই ।

ঐতনা ঐগীনি থজনা পুজা তৌজবনি
ঙসিদি য়ুমথোং খুদিং
কন্বীত্থ পুর্ন-পাত্রদো তাম্নরি
কনানা থিংবা ঙমগনি
নংতনা ঐগী ওইজগে হায়বা ?

য়েংউনে লৈবাকসিদা তৌরিবসে
চঙথোকপা লফোইগী মমল
পুর্ন পাত্রগী য়ুবীগী মমল
মওং মতৌ ফজবা কন্বীগী মমল
মচং চেঙদো থরাইনি থরাইনি ।

# "নিরবন্দি পীথোকথো মুং শিবদো"

ঐতনা থরায় তানা পামজবা খুদিং
নংতনা তুমিন তুমিন পীবীরি পীবীরি
করম্না খঙবনো
থমজিন্দবা য়াদবনি
অঙৌবা চবাংনা য়োম্না কাখল নাইনা ।

ফীবুক ফীরুক থন্না
তাবু তাবু থন্না
পীরিবা খুদোল ময়ামসে
মরোল মরোল নাইনা থন্মগে
মতম অমদা হাংদোক্লুনা য়েংলশনু ।

ফজরে খন্দুনা থমজিনগ্রবনি
কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা নিরবস্নু পীবিখো
পীরিমখৈ হেনগৎপনি কল্লা কল্লা ময়োন চোংবগু
নংতগী নি থক হায়রুনু
ব'রৌথিনি ওইনিংবনা মখোয়গীনি ।

নংগী থম্মোয়বু ঐনা খঙদবরা
ভাবনা থক শাবা য়ারোই
উৎলি উরিবা নুংশি শক্তমহুনি
ঐগী বাখলগী চান্নবা ফিজেন্দুনি
মহুতনি ঐনা পামজবা ।

তনৌবী গুলাব মচুগী ফীজোল
গোবিন্দগী তখেলৈ ঙির্মল্য নাপ্পদা
তু বু চুংই ইবুংঙোবু নিংশিংবদা
য়েংজনিংই শকফমদো ইখৌ লাংবা থম্মোয়না
অঙাওবা মতৌনি নুংত্তি মুমিৎ খুদিংমী ।

---

( ৫২ )

## "মহাক্কনা লায়-য়েংলি"

মঙাও খিনা ঙাওরবা
অচোপ অরেম খঙত্রবা
লায়-য়েংবা য়াত্রবা অঙাওবা
তম্বা নিপা অসে
মহাক্কনা লায়-য়েংলি ।

ঙাওদুনা কৈফদুনা চংশ্রদৌবা
পলেপফম খঙত্রবা
ময়ায় কারবা শগোলগুম
থেংঙু থেংঙুবা পোম্বাফম ওইরবা
মহাক্কনা লায়-য়েংলি ।

কদায়দা মাঙখিগদৌবনো শেন্নবীরি
নহান্না মাঙখিবা য়ারবনি

মী অমা শেন্নবদি
"লৈবাক অমা শেন্নগা চপ মান্নৈ" হায়নৈদো
মহাক্তনা লায়-য়েংলি ।

লৈরমত্রবদি মহাকসে
থেংনরমত্রবদি মহাকসে
ঙসিসে লৈরমলোই
অনৌবা মপোক অমা পোকপিরবনি
মহাক্তনা লায়-য়েংলি ।

( ৫৩ )

## "করিনুংগীনো"

ঐগী কবিতাগী মঙলান্দা
থম্মোই লাইযুম ঈহৌদবা ঙমজদে
মু‌ৎদা লৈবা থম্মোই ইথিলনি ।

কনাদম্ নঙা রাথল থত্রা
কনাবু উশিং থওইদবা নংচদে
চুমতা থম্মোই পাওদমজবনি ।

থবক অমা পাঙথোকপদা
অবা-অনা মুংঙাই ইথিল কয়ানি
মাঙদা তারিবা লানফমনি ।

সত্রংগী পুরোন অচকপনি
অশি অচংগী লানকমনি
নোক্তবা য়াদে, রাদম্বস্থ ভমদে ।

নোকউবদা লানফমসে
খজিক্তনি থম্মোই শেংনা নোকউবা
অত্থবু অরেম্বা তারি ।

থোঙফম অমন্তদা তুবনি
লেংনা হাইথবনি
লৈমায়থক্তা ।

ইরমত্রবদি কবিতাশিংসে
পাহল্লমত্রবদি থোকলোইদবনি
কবিতানি কাওথোকত্রমাসে ।

কনাগুম্বা শাবী শানৌগী কবিতাদো
কয়া অমা পাহ্না য়েংবীয়ু
অদুগী অদু মঙায় ।

কবিতাদি চরক চহিংনবনি
রাহৈ রাতা নাতৈ হুক্তবনি
ফোংদোক মফোংদোক মঙং অমনি ।

তাশোন্না থিনবগা চপ মান্নবনি
রাহৈ রাতা নুংথংনি
মরৈ মরাং কোচিগী কোচিমক্তা ।

অপান্ননা ইরবস্থ কবিতানি খনবীয়ু
রসপু কায়দ্রবদি দোষ লৈতে
অশোয়বস্থ য়াওরম্বা য়াই রারোবীগনু ।

কৈনৌ ব্রায়েন য়াবনি
শেমগৎ শাগৎফম থোকপনি
সমাজদা চণ্ডলিবা মচাকসে।

কবিতাদি নোক্তবস্তু ওমদে
কপ্তবস্তু য়াদে
রস মখল মখলনি।

---

( ৫৪ )

## "মুংশি পস্তুংক্ষমনি"

কায়নবস্তু মুংশি পস্তুংফমনি
উনা উনা নীংববুদি
উদা উদা নীংবনা হেল্লি।
মাবু নীংবদা মিৎস্তু উইশিল্লি
মুংশিবদি ফংজদে উজবা
কায়নবনা হেনবগুম থল্লি।
হেন্না চাক্রবস্তু পস্তুংফমনি
লাইনিং লম্বী অচুম্বনি
থাদোকপা অতুংনা মঙ্গলগীদমক্তি।
লোৎলি মহাক্না ঐখোন্দা
ঐনদি কায়নবনি খাল
থোইনা হেন্না লাংংকনরি।
চিংশিল্লি মাগী শক্তিনা ঐবু
য়াম্নরি ফিজী পায়না ঐনা
ফীজং মরুমদা।
বারী লাইরিক কয়ানা শাক্তিনি
ডাক্তর কমলগী মাধবীস্তু অমনি
শ্রীকৃষ্ণস্তু মবেম্মগীদমক ভীক্কারিনি।



য়াঙলেন মিকুপ অমত্তং পোথাবীয়ু

মথংগী মথং মিৎয়েং তাবীয়ু

মপুগী কোলোয় শক শোনবীয়ু

*অইবগী কোঙপ্রবা লাইরিকশিং ঃ*

১ । লৈঙাক্রোন শৈরেং (অহানবা শরুক)

২ । লৈঙাক্রোন শৈরেং (অনীশুবা শরুক)

*অইবগী মথং পুথোরক্কদবা লাইরিকশিং ঃ*

১ । তেখাউ পাংকী শোম্ন-লৈ (শৈরেং) Vol. 2

২ । তেখাউ পাংকী শোম্ন-লৈ (শৈরেং) Vol. 3

*অইবগী নীংজরিবা আশা ঃ*

ফিজং মরুমদা (শৈরেং)

মমল ঃ লুপা ৫০/-